


# Chingee Echal

A Manipuri Sumang Leela

*Written by* **_Dr. L. Shashikumar, Yurembam_**
**_Imphal - 795113_**



অহানবা ফোংবা : ২০০৯, জনুৱারি
অফোংবী : বেমা দেবী
ফংফম থোকপা : অইবা, অফোংবা
মশীং : ১০০০
মখুম : কম্প্লেক্সন
মমল : ১২০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

৺লৈহাউবী দেবী,

ঐখোয় খুাইগীদমক রাজশ্রবী,
ঐখোয় পুম্নমকপু হুংশিচান্ন নাওকোনবীরম্বী
ইমাগী নফমদা।

নহাক্কী নচা
—শশীকুমার—

# ৱাহৈ থরদং

চীংগী ঈচল ১৯৮৫ ইংগী তাং ২৫ । ১১ । ৮৫ ইংদা ঙঙাইফদনা ঙুমিৎ ৫ নিদং চংনা ইজখিবনি লোইননা ঈশৈ-লীলা ওইনা পাম্মোইবী যাত্রা-কম-ড্রামা এসোসিয়েসন্না লমদমসিগী চীং-তমগী মফম কয়াদা শান্নবীহুনা শকতাকপীখ্রবা ; চহিহুমক্কী অথোই, অহেন চাংদম্নবদা মকোক তাহুনা খ্বাইনা নিংথিনা শকখঙবীখ্রব। অমনি, লীলা অসিমক মীমাংথোক্লা লেপ্পা ঙমহনবীথিবদি অমুক হন্না শকত্তাকচনিংঙাই ওইদ্রবা ওজা বীরজিৎ ঙাঙোম্বনা থৱাই হকচাং লুপনা লমজিং লমতাকপীখিবদগীনি।

অসুমনা মীপুম কয়ানা শকখঙবীখ্রবা লীলাসিদা ইজরিবা অসি য়েহেল্লোইঙৈদগী চন্ন-চিন্ন লৈমিন্নরক্লবা চীংম্মী-তম্মীগী মরক্তা পুক্লিং হকচাং থম্মোই অমদি, মীওইবগী ওইবা হেন্না চেৎপা পুক্লিংগী লীপুন অমা পুরকপদা মথৌ অমতা ওইজরবসু তেংবাংবা ঙম্নবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে খঙ্গনি, মীয়াম পুন্নমক্লা শকখঙবীখ্রবা লীলা অসি উরুবদগী অনম্বা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবগীদমক পুক্লিং ইথিল কন্না পীবীখিবশিংগী মনুংদা মীং পনজরবদা ঐগী মরুপ লাঙ্গোল ইবোয়াইমা, ডাঃ পিঃ কুমার, এঃ কেঃ মনি, এমঃ রনজিৎ অতৈ মরুপ-মপাংশিংগী মফমদা তৌবিমল উৎচরি লোয়ইননা নম্বগী পোৎলুম কয়াদা প্রেসকী ইবোমচা অমদি খম্বনা অচৌবা থৌদাং লৌবীখি। অতুগা বনানগী মতাংদা অশোয়বা কয়া য়াওথিবা পুন্নমক অপাবশিংনা ঙাকপীগনি খঞ্জে।

পুন্নমক্কী অন্নাবা উবিরিবা ঐগী তেক ঈচল মরাইবক থিজরবী মপুরোইবা নৌনা কায়নখ্রবী মচা তরুক্কী -অন্না পোৎলুম ননহুনা লৈরবী পোৎশংবম ওংবী প্রমোদিনী দেবীনা লাইরিক অসিগী ভারা পুমনমক থৌদাং য়াবীরি।

তাং১ —৮—৯০ইং

য়ুরেম্বম—

অইবা—

—শশীকুমার —

# লীলাসিদা শক্তম লাংখিবশিং

১। নুপাগী শক্তম :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | খুল্লাকপা | লুখোই মৈতৈ |
| | | চন্দ্রহাস মৈতৈ |
| ২। | রামেশ | দ্বিজমনি মঙাং |
| | | 2nd Best actor |
| | | ইবোতোম্বী মৈতৈ |
| ৩। | খোইছুম | মুনাল মৈতৈ |
| ৪। | চাওবা | চন্দ্রহাস মৈতৈ |
| ৫। | তাত্তোম্বী | জয়কুমার শর্ম্মা |
| ৬। | পীটর | তোম্বা মৈতৈ |
| | | মৈতৈ তোম্বা |

২। নুপীগী শক্তম:—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | রোমী | কুমারমচা মৈতৈ |
| | | 2nd Best actor |
| ২। | রানী | ইঙোচাবী মৈতৈ |

৩। ঈশৈ নোংমাই:—

| | |
|---|---|
| নুপাগী খোঞ্জেল | রাজেন মৈতৈ |
| | Best Singer 1986 |
| নুপাগী | সরনজীৎ মৈতৈ |
| পুং-গীটর | ইবোমচা ইয়োয়াইমা |
| ঈশৈ ইবা | শশীকুমার য়ুরেম্বম |
| | Best Lyrics 1988 |

৪। লীলা তম্বী-তাকপীবা

খাইগী :— বীরজীৎ ঙাঙোম্বা

৫। পুথোকখিবা :—পাম্বোইবী যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসন ১৯৮৬

# অহানবা মতাং

মফম— চাওবগী মৈতৈ-য়ুম

মতম—নুমিদাং ৱাইরম

(য়াম্না চম্বা খুঙ্গংগী য়ুমনি । মাঙ্গোন্দা চৌকি তেবীল খারি লৈতেং খুদিংমক অচম্বা খুঙ্গংগী চৎনবীনি)

(চাওবা মখুৎতা খাও অমা পাইরদুনা চংলকই)

চাওবা — কদাইদা ঙম্না চৎথোকখ্রবনো ? কনামতা লৈতেনেসে,হা—হুদী মচ; রানী, রানী; য়াচংবসিদা কদাইদা চৎথোকখ্রবা ঐনা লৈকাইদা চৎথোকনু হায়রগা থোংসিন্নু লোল্লি, (শাওরম্ব) খা ৱাং চৎতুনা খর ফিংনা রানী, রানী; হন্না-হন্না কৌই)

(মতাংসিদা রানী মনজুনরবা ফি মতেক অমা ইন, মচি অমদা ময়োম মচা অমা পাইরকপগী শক্তমনি মী উহনদবগী শক্তমনি কীনা য়ুমদা চংলকই মপা লৈরম্বা উরবদা য়াম্না কিনা)

রানী — করি হায়বগে বাজি

চাওবা — (শাওনা) নং য়াচংবসিদা কদাইদা চৎলুই হা—

রানী — বাজি

চাওবা — নং নপা ঐনা হায়বা খক ইন্দ্রে

রানী — (কীনা) মমাংগী ইনে খোইদা চৎলুবা

চাওবা — নংবু কননা লৈকাইদা চৎলু হায়বাগে, নচিন্দু খুম্মুনে (হায়দুনা শাওনা ভাং ভাংদুনা চংশিল্লকই) নং নপা

ঐবু লৈকাই মমাংদা য়োলেনে

রানী — বাজি (য়াম্না কিবগী শক্তমনি)

চাওবা — (চংশিন্দুনা ইল্লী) অহল লমন্না হায়বা ইনদবা শারদনা (মঙক ইল্লি)

রানী — বাজি (লৈমাইদা তুই ফিন্নুংদা পাইরকপা চেংশং লৈমাইদা চাইথাই )

চাওবা — (চাইথাইরবা চেংতু উরবদা শাওনা) কদাইদগী চেংনে। ? হা-হুরাল লুরিব্র ? নপা ঐ লাইরজনবস্থ মাগী মপোৎ হুরানবা থক য়াদে, হায়রগা রারক্তবাশিদি (চংশিন্দুনা অমুক ফুই রানা কীনা লৈথোকই)

রানী — (হিক-হিক কপ্পা) বাজা ঐ কনাগী মকুমদগী হুরাল নুবা নত্তে।

চাওবা — হুরালগা নত্রবদি ইনাকখুনবা কনাগী থোংজিন চংলগা নিরুারবা।

রানী — নিরুবস্থ নত্তে বাজি

চাওবা — নিরুবস্থ নত্রবদি কদাইদগী কনানা কনাদোনা পীরকপা হা অদৃদি নং-নং ... ... ...

রানী — (কপ্পা-কপ্পা মমাংগী মিলদা চেং খৈবা য়াওরুবান ঐগী অরাম্নলগীদমক পীবীবকপনি।

চাওবা — (অশাওবা পুন্নমক হন্থবগা বোলনাইশ) নং মহুনা তৌগন্নু হাইদ্রা ; নংবু কনানা থনক শু হাই,

রানী = (কপ্পা) বাজি তাগোহ্ ওপাই তাল্লক অমদা পাক্নুনা চাক চাগে হায়রম্মা। মহুদা বাজিনা অমদি তাচেনা থবক হন্নকলগা চাক থোংম্রবদি তাগোহ্ য়াম্না রারগদ্দা ; হায়হুনা ঐনা মিল। চেং খৈবা য়াওজরুব মহুগীদমক মিল মপুনা ... ....

চাওবা — (য়াম্না নিঙমদনা) নংনা নবুংগীদমক্ত থন্দুনা লৈকাইদা

শিলংবা য়াওরবা ? রিক্স থোঁবা চৎখিবা নবুংগীদমক খন্দূনা রানা ইচাগী ছুমাংম্যান্দ-পুজরকপা চেং থরদংস্বু নপা ঐনা রাখল খন্ন্নরুদবদগী ইপাগী রানী ইচাগী নফমদা ইপা লাল্লে ইপা লাল্লে লাও চেংসি খুনবিগে-সে (চংসিন্দূনা চেংশিং খুল্লী)

রানী — বাজি নচানা লালবনি, তাচৌদি ওসাই অয়ুক করিমতা চাদনা রিক্স থোবা চৎখিছুনা .........

চাওবা — (য়ায়া নিঙমলত্তুনা) নপা ঐনা লাইরবা ওইবদগী নোং-মতা নখোয়বু নবুক খয়া চাবা ফংজরবী মমান্নবী কয়াগী হরাও কুম্মেদা মপান থোকচঞবে। হুমিৎ চুপ্পগী ফনেক খোংদাই শেৎ চাবা মচেৎ তুম্বা মংেৎ অরাবতনা ন-থোদাং ওইরবা ইচাগী পুন্সিবু ঙসি নপা ঐনা কয়া কয়া খুরবা ? (খুৎশদা মুন্না য়েংলগা নীঙমদনা) ইচাগী রানী নপা ঐ লাক্স, নবুং অহুমহু মাইদা মাইখুম উপ লাইরব শোল্লবা নপা ঐবু থাকপা ঙন্ন-বা হোৎনবদা A B. পাস তৌরবা পাথং মহাক্না রিক্স থৌছুনা মপা ঐব থাক্লশা হোৎনরি

রানী — বাজি হয়েং মখেদি বাজিগারা তাদনা ঐ চৎচররোই তাকল্লো মখা তাংগনু

চাওবা — নপা ঐনা লাইরবনা মরম ওইদুনা নবুং অহুবুস্থু থবক মচা অমগীদমক রানোম্ব ভমদরে ওস্থোক্না মরাইবক থিরবা ঐগী ইচা ঙাক্কনি,

রানি — (অন্নাবা শক্তম লোৎশিল্লগা) বাজি মখাগী দাদা খোই লাক্লম্মী

চাওবা — (থর মুংঙাইনা) মহাক্কদি করি করি হায়রম্মী

রানী — তাচৌগী থবক অহুম্মু য়ারে হয়েংমক উখ্রুলদা ওজা

ওইবা চৎপা শোইদ্রে হায়রম্মী

চাওবা — হয়েংবক। অহুদি কমদৌনি মাগী চৎনবগী ভরা কদাইদগী লৌরুনি, ফরে নংগী দাদা (খোম্মৈ) খোইদা হংলুগে ইপা

রানী — তাচৌদি হল্লকপা মতম ওইরে,

চাওবা — সে, সে, চেং খরসি চাক থোংদোকউরো নবুং হল্লকপা মতম ওইরে মহাক হেক লাল্লগা আশাবা চাক অহু চাখোম অমতং ......... মশাগী মখুৎতগী খাউ অহু লৌই) নং চাক থোংদোকউরো ইপানে ত, (খোম্মৈখোয়দ) পৈশা খরম্ম হংলুগে (চাওবা থোকখি) রানী ইমুংদ চংখি মতাংশিদা খোইহুম য়াম্না কীবগী মওংদা চংলকই শুম ং মতোন য়ৌবদা খোইহুম খুৎতা মন্ত্র শোল্লী মাইয়োকরা শায়ৈ, )

খোইহুম — (মতোমতা) মখোয় ইমুংসিবু মী কনা অংতা লৈতে কদাই ঙম্না চৎখ্রবা রানী রানী লৈতবা জাংলা খুমদে ঐবু ঙসিদি রানীদা Chance অমতং ফংলবদি খন্দুনা লাকপনি ঐবু য়াচংবসিদা অমুক হল্লগদ্র ? Escoter মু তোংদনা খোংনা লাকলে রানীস, উন্নদরে খোংনা অমুক হনবা তারব্র? ওন্দোক্লা দাও য়াংরাইদৌবি।

ঙরাংম্নু থোঙ্গালদা Escoter পম্মী অহুবু হন্দোরকপদা অঙাংনা মুংশিৎ লোইনা থাদোকলমহুনা কয়া খুদোংথিরে (অমুক হল্লা) ও রানী রানী খুমদে ঐবু হনবা তাবরা?

রানী — (থোরকই) তা খোইহুম লাকপীরম্মী চৌকীসিদা ফম্মীয়ু

খোইহুম — (ইখং খংনা) ঐ কোইজরম্মী রানি

রানি — করিনো তা খোইহুম রাতাসিদি

খোইহুম — ঐগী রা কৈদৌরবগে।

রানী — তা খোইহুমগী রাহু কাফাংলি

খোইহুম — ঐগী রাঙাংলো কৈক্কোরগেনে

রানী — তা খোইহুম রাঙাংহ্ন শেংলিহে রাহুবু মীনা তাথ্রগা ফজবা পাওগুমনা ?

খোইহুম — (য়াম্না থরাই য়াওনা) রানী ঐদি অশেং অশেংবা হায়বনা ঐগী হৈন্নবানী

রানী — অশেংবনি হায়হুনস্থ তা খোইহুমবু নখোয় বাজিখোই মমাংদা। মুপী কোইবা চৎলুই হায়গদ্র ?

খোইহুম — বানী অদুবু করিগী পাখুমনো,

বানী — (শাওনা) নংগী নঙোহু হায়রমগদবা মনক্রো।

খোইহুম — নক্তে রানী ঐনা নখোয়দা লাকইবসি নখোয় তাচৌ তিমবস্থ নঙ বাজি উম্নবস্থ নত্তে, অশেংবনি ঐনা লাকইবসি. নংবতা কোইব। লাকপনি। লৈকাই লোইনা থঙনরপোৎনি।

বানী — (পাখৎনা) তা খোইহুম জাৎ অমনিকো.... .....

খোইহুম — মসিবু মী খ্বাইনা চৎনদবা থবকল ?

বানী — তা খোইহুমগী রাতাসি ঐ য়ুম পানবা খঙদবা তারে

খোইহুম — চুম্মী হে বানা মহুমদি ঐগা নংগা মুংশিন্নে হায়না লৈকাই না রা-রা ঙাংনবিবনি মহুগীদমক

বানী — ইস তা খোইহুম অশেংব্র ?

খোইহুম — অহুদম্ব নত্তে য়াম্না লৈরি

বানি — কন্রি কবি লৈরিবা হায়যু তাখোইহুম .........

খোইহুম — ঐদি নহারোল ময়াম লৈবুং ফমবদা শন্দোকলিবনি রানীগা ঐগা য়াম্না মুংশিন্নে হায়না

রানী — অশেংব্র? তা খোঁইহুম

খোইহুম — অশেংবনি ঐদি ওইদবা ঙাংবস্থ হৈজদে (য়াম্না রাথল হুংঙাইত্তনা) রানী নংদি লাইরিকস্থ হৈবীনি ঐদি লাইরিকস্থ নাওরি কাপলিঙৈদা তমহৌদ্রে (নাওরি কাপগী শক্তম উৎলি)

রানী — অহুবু তা খোইহুম কনানা লাইরিক তমগনু হায়বগেনে

খোইহুম — রানী ঙসিগী মতমসিদা পৈশা পাইরগা লোইরে, নখোয়না লাইরিক তমলিবসিবু পৈশা পাইনবা নত্রা? তলপ চাওনা চান্নবা নত্রা? নখোয়সে ওন্দোক্লা ভাব তাখিদে,

রানী — তা খোইহুমগী মথাহুবু করম্বা মথানো লাইরিক তমজিবসি পৈশা পাইন্নবা নত্তে পুক্লিং লৌশিং ওইনবগীদমকনি

খোইহুম — লাইরিক হৈবা B.A, M.A, কয়া ঐখোয় বাজিগী Industry Farmদা পৈশা পীরগা থবক ভৌহল্লীঐখোয় বাজিদি মিং ফাওবা ইবা হৈতে

রানী — ইঃ তা খোইহুমগীসিদি কলেজগী রানীনে

খোইহুম — কলেজগী রা নত্তে তশেংবনি L.D,C, অমা লৌবগী Interviewদা B.A, M.A. কয়া কয়া লাকই মহুদা নত্তনা তাঁ পুরকইবা অহুদস্ নকে নশাক মতৌ ফজরবী মমাই নানবী লৈশাবী কয়ানা অমন ঐডোন্দা রানোম্বা লাকইবা বাজি য়ান্নবা তা নবিয় হায়না

রানী — করিবো অশেংবা লৈশাবীনা রানোম্বা লাকপবা ?

খোইহুম — লাকই লাকই! ঐস্থ মীনা কন্না হায়জরবহুদা মুংঙাইতহুনা মশক মতৌস্ ফনা ফজে হায়হুনা কৈশামা পাংতগী মুগী অমা হালপিরে।

রানী — অহুগা কৈদৌরবা রাহু মথা তানিংলে তা খোইহুম

খোইহুম — থবক হাপ্পা ৫ নি লৈরগ। চেনখ্রে—।

রানী — কদাইদা

খোইহুম — মাগী মুংশিন্নরহুদানিদনা অহুদগীদি ঐস্থ চনিং তারে(শোর শাংবা হোন্নে ।

রানি — মুংঙাই য়াইকবা মচা মগুনিনা লাইরবী ঐখোয়কাসি মী ওইনা উবীরমগদবা মান্রে ।

খোইদুম — করি রানো রানি ঐগী মুংশিনবসে অদুম তৌরমগদবোই থনবরা ?

রানী — ওসিগী মুংশিনবসিদি কলেজানি কলেজ।। মাইদা পাউদর থাদ্রব চিনথান্দা মচু শংন্দ্রবা খজাইদা শমলাংনা চোইনা তাদ্রবা.........।

খোইদুম — (য়াম্না জ্ঞান তাবা শাদুনা) রানী মতমগী অনৌবা মচু শংদুনা ভাইহাক্কী শক্কা লাং থাক্রুনা অশেংবা শকুম লোৎতুনা মহৌশাগী অশেংবা শকুম মাংহনবা ঐ পামজদে নখো-য়গুম্বী অশেংবা শকুমনি ঐনা থিজরকলিবসু ... ... ...

রানী — ঐখোয়মা পামজবসু মুংশিজবসু অশেংবা শকুম মুন্না খঙনা মুংশিজবদুনি ঐগী অশেংবা পুক্সিগী মপূ ওইগদৌরিবসু

খোইদুম == অদুবুদি কুইররোইদনা মদুগী মগুন খঙল্লগদবা নবুংনা ওজা ওইথ্রবা তলপ চাবী মবুংগী মচন ওইরবা মতমদা খঙবা তাবনি অদুগা ঐখোয়গী খুঙ্গংসিদা তলপ চাবা মবুংগী মচন হায়বদু নং নতোমতা ওইগদৌরিবনি

রানী — ঐগী তাচৌগী অশেংবা শকুম মশক খঙত্রিবা তা খোইদুম্না

খোইদুম — নত্তে রানী নংতনা ঐগীদমক লেপ্পীরবদি নখোয়গী তাচৌগী নংগী অরাবা খুদোংথিবা কয়া মতেং পাংজগে অদুগা নখো-য়দা মশা নানবা ঠিকাদার তাভোম্বীদি হন্দক মরক ইরাক লাকখিদ্রব্রা ?

রানি — লাকই অস করিগীনো

খোইদুম— মুংঙাইজদবদো

রানী — ওহোরুন্দু খঙ্গল চাওথ্রেদ্রা ফাগি তৌবনে লাক্করে লাক্করে

মুংশা থিরোইরগনু

খোইহুম — অহুদি করে রানী ঐমু হন্নগে

রানী — ঙসিদি গাড়ী য়াওরোইরুববরা ?

খোইহুম — ঙরাংমু অঙাংশিংনা মুংশিং থাদোক্লম্মী, হায়রহুনা ঙসিদি পুরকজরে খোংনা হন্নশিনদবনি (খোকখি)

রানী — য়াম্না ফনি য়োবীরসি (তেবীল চৌকী শেমজন্নী রামেশ চং-লকই)

রামেশ — রানী বাজি কদাইদা চংখি লৈতব্র ?

রানী — তাচৌ ঙহানগী চীংগী ওজা হায়বহু য়ারে হায়বদগী মহুগী চংনবগী পৈশা থিবা চংখিবনি

রামেশ — ঐমু পাওহু হুবদা তাবদগী বাজিগা তান্নগে হায়হুনা ....-.... হৌজিক ওইরিবা কিভম অসিদা বাজিনা শোনলকপ-সিগা ঐ চংলবোইসিরা খল্লী রানী

রানী — তাচৌ শোইদনা চংল্লু ঙসি ঐখোয়গী লৈকাইদা ডাংনরিবা B.A পাস তৌরগা তাচৌনা Rickshaw থৌবসে ইমান্ন-বী লৈকাইগী মীনা খিনা খিনা ডাংনবা তাবা য়াম্না নুংঙাই-তে তাচৌ

রামেস — হায় অপংবী মীগী মপোং হুধানবমু নত্তবা ইশাগী হুমাং-মনদা ভানজবা, লৈকাই মখোয়গা কবি মথৌ লৈ

রানী — অহু ওইজরবমু ঙসিগী চংনবী কয়া ঐখোয় ডাক্তবা ঙম-লোই; অহুনা তাচৌ চীংদা ওজা ওইবা শোইদনা চংলু ওজা অমগী মচন ঐবুমু ওইহনবীয়ু

রামেশ — রানী লৈকাইগী মীনোক মীরা তাবা ঙমদবগীদমক ঐনা ন-খোয়বু থাদোকুনা চীংদা ওজা ওইবা চংপা ঐ পামদে

রানী — হয়েং তাচৌনা তলপ চাবা মীশক অমা ওইরবা মতমদা বাজি অমদি ঐনা কয়াগী মতিক হুরাওজখবা .........

বামেশ — সরকারগী ত্তজাশু নত্তবা চহি কয়া থা কয়া রানা থাংগদবা নং মদুগী অরাবা থঙলত্রা ? ঐনা চংকদে।রিবা মফমহু উখ্র ন বজারদগী য়াম্না থাপ্পা স্কুল অহুসু Praivate নি

রানী — অহু ওইরবসু তাচৌ শোইদনা চংল্লুকে।

রামেশ — ঐ ইত্তোমতগী পুন্সি মুংত্তাইনব। হোৎনবদা নখোয়গী পুন্সি অরাবা পীবা ঐ থক পামদে

রানী — তাচৌগুম্ব। ঐগী ইবুংগীদমকত্তা ঐগী পুন্সি মাংখিবা য়াই অহুগা তাচৌ নিংশিংলিব্রা লৈথিত্রবা ইমাগী পুন্সিগী অবো-ইবা মীকুপ্ত। তাচৌগীদমক্তা নিংবা থুংনবা হোৎনবদ। অহঁনব লৈত্তনা হোৎনবক্কদবনি হাবমবা নিংশিংত্রবা তাচৌ (Back graund দগী মমাগী খোজেলন।) ইমাগী ইবেম্মা রানী নংগী তাচৌগীদমক্তা থরাইনা পোনথা ওইহুনা হোৎনবক্কদবনিকো ইমাগী বানী

রামেশ — নিংশিংলি এস ইবংগী ইবেম্মা বানী (কপ্পা কপ্পা) ইমাগী পুন্সিগী অবোইব। ব্রাহ্মশিং অহুবুনে লাইববগী মৈচাক্ল। লা-ইথুং ওইববা শোল্লবা বাজিব্ থাদোকলমহুনা থাপ্লবা চীংহু-ংদা ওক্ত ওইবা চৎপা হাযবসে ঐ থল্লুবদা মথাসে পুবা ত্তমগদব। মা.ন্দা

রানী — (কপ্পা) তাচৌ নংসেমা ওন্দোক্লা মুপা মানখিদে, মমা মপাগী অশা থুংহনবা হায়বসে মচা ওইবা ঐখোয়গী ইথৌদাং অম্না নত্রা ?

রামেশ — চুম্মী রানী মপা মমাগী য়াথং ভাকপা মচা ওইবশিংগী মথৌনী

রানী — নিংশিংবাযু তাচৌ শ্রীবামনা মপাগী রাশক ভাক্লুনা শাংলবা চহি ১৪ বন্দা চৎখিবা

রামেস - মপাগী রাশক ভাক্কুনা শ্রীরাম বন্দা চংখি, অহুবু মপাগী পুন্সিগী অয়োইবা মীকুপ্তা মুংশিজবা মপাগী লেখা বংবা

ওমখিদে ।

রানী — অহুনা করম্বা পাওখে ংনো তাচৌ

রামেশ — তম্বা ওম্বা নত্তে মীওইংগী পন্সি ঈশ্বরনা শেম্বনি এৗস্ বাজিগী অমদি ইচলগী নীংবদি থুংহনিংই।

রানী — ঈশ্বরচন্দ্রনা মমাগী য়াথংগীদমক মশাগী ওইজব। থবক থাদোকহুনা মমাগী নাক্ত। থুংলখিব।

রামেশ — শোলবা বাজি থাদোক্তুনা। কবম্বা এৗনা চীংলৈশাক অহুদা লৈরুগনি কনানা ব জিগী সেপা তৌবীগনি।

রানী — মদোমদা খক্তরুরদি মীওইবগী পুন্সি হিংবা ওমখিগদ্রা? অফাওবা পৃথিবীগী শকনাইববা কয়া কয়ানা মপ মমাগী য়াথংতবু হিকতোকতবগুম তাচৌস, লৈখিদ্রবা ইমা অমদি বাজিগী অপাম্বা থুংহনবা হায়বসে মচা ওইবা ঐ খ য়গী শিন্থা অমা নত্রা?

রামেশ — ইবুংগী ইবেম্মা রানী নং অমদি বাজিগী য়াংংনব ওাকলুবদা। তুংগী পুন্সির্গা খল্লুবদা। ঐ খোং থাপ্‌দ। ওমগদব মান্দে ।

রানী — তাচৌ নচলগী অশাদি বান্েশকা মচল বানীনা মসুংগীদমক অরাবা কয়া মাইযোক্রহনা পুন্সি লেনখিবা হায়বসে পামজে

রামেশ — (হরাওনা) এগা ইচলগী থম্মোইনা অহু য়ৌনা খনগ্রবা ফবে পুন্নমক খল্লবোই ঐ শোইদনা বাজি অমদি ইচনগী অনিংবা থুংহল্ল গ

রানী — (হরাওনা) তাচৌ হয়েং মত্তম অমদা নচলগীদমক্ত, খন্দুনা তলব চারবা মত্তমদা সনাগী লিক অমা শাবিয়ুকো ।

রামেশ — লিক অমথকতা

রানী — অমথকতা

রামেশ — কবিগী শাদনি ইচনসিদি সনাদা নত্তে খুজিন্থু শাবীগনি

রানী — তাচৌ উগ্রললগী মীশিংদি মবুক মপাও য়াম্না কৈ হায়নৈ

রামেশ — চুম্মী তাংখুল মচা খুদিংমক মবুক মপাও য়াম্না কৈ

রানী — তাচৌ মৈতৈ মচাশিংনা চীংদা ওজা ওইবা চৎখ্রগা চীংগী মুপী লৌহনা লৈথোকই হায়নৈদো (ইকাইনা)

রামেশ — অঙাওবী সিদি নংগী নবুং রমেশনমু অদুম্না তৌগনি খনব্রা

রানী — তাংখুম নুপীদি অয়াম্বনা মশক মতৌ ফজে হায়নৈ

রামেশ — নংদি য়াম্না মুম্না খঙলনে

রানি — দাদ খোমৈনা হাযরম্মী অদো তাচৌ

রামেশ — কবিনো কবিনো হায়রে।

রানী — মবুক মপাও কব। তাংখুল মুপী অমা ইনম্মী ওইনা তাচৌনা পুবীবকউকো।

রামেশ — (ইকাইন হয়) অঙাওবাসিদি হায়হৈদে (তাম্নহনা ফুগে তোই রানা ইমংদ চেনশিখি) মপা চাওবা মেখুথক্ল। থক্লা চংলকগ মখোযগী মতৌহু উববদ।

চাওবা - হায হায কবি তৌবে রামেশ

রামেশ - কবিগ তৌদে বাজি

চাওবা - ইবুঙে রামেশ নগী দাদা খোম্মৈনা হাযবা উগ্রুলগী ওজা হাযনহু হযেংমক চৎপা তারে

রামেশ - অহুদা বাজ এনা যুম থাদোকহুনা চৎখ্রবদি বাজিনা মতৌ কধম্না ইচল রানীগা লৈহৈগদবা .... .

চাওবা - মপাগী িংবা থুংহনবা হয়বসে মচা ওইবগী ধর্ম্মা নি

রামেশ - পুম্নমক চুম্মী

চাওবা — থেংখ্রগনি হয়েং চৎনবগীদমক নচন মুপীগা তাম্নহনা কৰি করিনো শেম শাজক তাম্নবা চৎত্তবা য়াদ্রবনি রা মথা তারগহু লুপা ৫০সি নংগী ভাবাগীদমক নংগী তাদা খোম্মৈদগী পুরকইবনি (পী)

রামেশ - (লৌই) মুংঙাইতনা বাজি

রানী — (মমুংদা) তাচৌ চাক লোইয়ে চংলকউ

রামেশ — লাক্লগে লাক্লগে রিকসোসে মপুদা অমুক্তা শিগ্ররুগে (চংখিবা)

চাওবা — ফরে রিকসোদা চেকশিন্না শিগ্ররম্মু চংল্লু ঐগী ইচাশিংসে কয়াদা রানা থাংলবা ওসিগী সংসারসিদা B.A পাস তৌরবা মহাক্না রিকসো থৌই হায়হুনা লৈকাইনা ডাংনবা তশব ফবা ফংদবা ওজা হায়বা মিং অমদি ফংলগনিদনা

# অনিশুবা মতাং

মরুম—উখ্রল চোঙ্থম

মংম—নুমিদাং থাইরম

(বোমীনা মকোক্তা শম অমা পুবগুনা য়াম্না থানা পাম ভামদগী পাম শম; ত্রগ্না লাকই অহুমা মথংগী পাম অহু য়ৌবনদা শম তগু তপনা থম্মী অহুগা শম মনুং দগী চাক য়োম অহু লোথোকই চান্নবগীদমক শেন শাই)

বোমী — নুংশিগ্রেদা ভসিগী নুমিৎ ঐকী অপা খুলাকপনা মচা ঐকীদমক য়োবাবকপা চাকয়োমসে (মতাংসিদা পিটর য়ুখর খর ভাওনা চংলকই)

পীটর — ঈচল রোমী নং পাম য়ানপীত্র? মতোমতরা,

বোমী — ইবুং কদাই চৎকেরা ? অপা খুলাকপসু লাক্লনি

পীটর — ঐকো নংবু উনবা পাম্বা য়াম্না কুইবীপনি

বোমী — ঐপু উন্নবা পাম্বগী ইবুংগী অপাম্বা কীরীনো ভহানসু ইখোই Church তা উন্নপাবহুদি

পীটর — (নোক্লগা করেম্নবগী মওংদা) নংবু কো ঐকী অপানা মাগী মমৌ ওইবা পামপীবা অহুগা ঐনসু নংবু ঐগী নুপী ওইবা পাম্বা অহু নং কীরী খনপা ?

রোমী — ঐ কীরীসু শনবীদে ঐগী অপা খুলাকপগী অপামপহু ঐগীসু অপাম্বনে;

পীটর — ইপা খুলাকপনা হৌখিবা পাখং ফান্দা লাক্লনা নংবু কো ঐগী ওইনা পানিংবগী ৱা হায়পীবনি (উশিন্তবগী মীনোক)

রোমী — মহুনা অশেংবা ওইরবদি ঐস্মু য়াম্না নুংঙাইনি ইবুং কীগ্ন নিংবা থুংলনি

পীটর — অশেংবনি অশেংবা, অহু নং ঐবুদি নুংশিদবরা ?

রোমী — নুংশি কীরীগী নুংশিদনি মতম অহুক কুইবসি খুন অমতদা লৈমীন্নবা ইবুংবু

পীটর — চোইথর খুনগী খুনজাশিংনা পাটর ঐবুদি য়াম্না কিনা চৎপনে

রোমী — চুম্মী ইবুং পীটর

পীটর — (হা হা নোক্লগা) অহু নংগী Private ওন্নবা অপানা হায়বা ওজাদি লৈংরা?

রোমী — লৈতরি অহু চসি হায়রসিদ ওন্নদগী মতৈ ওজা অমা লা-কনি, মহাক লাক্লবদি অপানা এংখাক্লে, মখলগনি হায়য়ে

পীটর — নংবু মহুদা Private ওনগে হায়ে

রোমী — মহুন্থ অপাগী অপাগনি ইবুং

পীটর — (য়ান্না নিঙমদনা) মতৈ ওজাদা Private ওন্ন অহু মতৈ মবৌ চাওবনিদে

রোমী — ঐদি অপাগী য়াম্না ঊবনি ঐগী অপাগী অনিংবা অপানবদা ইবুং করি দরকার লে

পীটর — (শাওনা) মহুদি হায়গনো রোমী নংগী অপানা চোইথর খুনগী খুলাকপা ওইক্লরবস্থু খুনসিদা পীটর ঐগী মাইয়োক্না লেপ্লদি অকবা ওইরোইয়ে

রোমী — ইবুং, অফাওবা শাবা, রাজাও ঙাংবদু অকবা ওইরোইয়ে

পীটর - (শ ওনা) রোমী। নংনস্থ ঐবু পাওতাক পীবীবা

রোমী — (ঙপ্লা) ইবুং চুম্না তান্নবনি খনবয়ু অশাওবনা মাং থাবদি

ইশাগী ইরল ইশানা মাংহনবা তাগনিয়ে

পীটর — রোমী নংনস্থ ঐবু অপংবনি খল্লব্রা?

রোমী — ইবুংপু কনানা পংই হাঙ্খ্রবগে অহুক হাক্লা শাওবদি করম্বা কল্লক খম্বলগী রানিদা

পীটর — ঐগী থম্মোইনা নংবু ফংনব। ঐকী ওইনবা হোৎনবদা অপনবা পীবা মীশকতু পাটব ঐগী য়েক্লবনি চোইথরথুনসিদ। থক খমংলাই

রোমী — অহুক থৌনা ফরবা ইবুং পীটরগী মফমদা য়েৎলগদবা নুপা কনানো? মরিল লৈতবা কননা ইবুং পীটবগী লম্বা য়ারোইরে

পীটর - (নোকপা হা হা হা) চোইথর থুনসিদ। পীটরবু মাইথিবা পদবদি কনাগুম লৈতে

রোমী — মহ খঙলবা ইবুং পীটরনা অহুক কনা শাওবদি অপংবা খংলোইদ্রে?

পীটর - (শাথনা) রোমী নসিমক খল্লু নংবু ঐগী নুপী ওইবা শোইদ্রবনি, নোবাকপা থোংনা চৎপাবগুম্বনে অতোপ্পা মীয়েং কা ল চোব, পটরগী অশাওবনি মহ খঙনা চৎল্লু ঙসিগীদি ঐ চৎপাগে (চৎখি)

রোমী - (য়াল্লা লৌশানলম্না) অৎকপা নুপা নিংকো মীকী থম্মোইস্থ খঙদনা মহাক্কীনী হেক্তা হায়বীব (ঙাংনা ঙাংনা মাগী চাকয়োন থোকই ঈশিং য়াওরমদ্রবদা) আইপা ঈশিং উতোং পাতপুনা য়েংই ঈশিং য়াওদ্রে) ঐ লোক্তগী ঈশিং লৌকগে (নাক মবকতা উংক্রা পোংই মহ উরবদা) ওই ইতা থোইনিং ঐ লোক্তা ঈশিং শোকপীগে ঐ লাক্লগ। চাম্মিনসে (চৎখিবা) মতাংশিদ। রামেশ Air bag অমা পাইরগা হুমাং কাবা মখৈ তপনা তপনা লাকই মুংশা শ্বর পাংনা হোনদোকলগা

রামেশ — কয়াম ব ৎলিবা জানো চোইথর খুনগী খুলাকপগী হুমহ

রাবত্নুনা ঙাইহাক পোথাই, য়াম্লাথাপনা চাংনুদগী মুপাগী খোলজেন তাই পাম য়ানবগী হোই হা হোই লাওরকই মুংশিংনা অমুক কন্না তাই অমুক তপ্প্রা তাই মরক্তা মুপাগী খোলজেল অমনা

অচিংলা — নং চাকয়োম চাবীববা ? (চায়েলেনা) (রামেশ মুপাগী খোজেল তাবদগী কোইনা হৌগৎতুনা য়েংই,

রামেশ — ও ! মফম সিদা চাকয়োম অমম লৈবে (থাপ্ল বোমীনা ঈশৈ শকলকই মতু তাবদগী হবাওনা মকম শমশা নাথৈনা লৈ বোমী ঈশৈ শক্লা শক্রা লাকই কোকা শম পুই শম মমুংদ রাগা উতোং ২/৩ হাপ্পী)

বোমীনা=শকপা ঈশৈ

ঙসি থাপ্রবা চীংমুং,
চিল্লবা লোকন্নুং অসিদা,
পোমশাংনবীবী ঐগী থম্মোইদা,
মলয়া মুংশিকী নামিবনা,
তংতনা চিরোল তমব্বিবিবা ॥

শকখণ্ডদবা নংব কননো,
ঐগী থম্মোই মুংওনহল্লি,
পাইম পুক্লিং মুংওল্লি,
নিঙোল পুক্লিং খোইবাংহল্লি ॥

তথকলে ঐগী থম্মোই,
খঙহৌদনা লেপ্পরে ইমাংদা,
শকখণ্ডদব নংবু কননো,
ঐগী থম্মোই মুংওনল্লি,

## পাইমা পুক্লিং হুংওল্লি

## পাইমা পুক্লিং হুংওল্লি

রামেশ — ঈচল

রোমী — (য়াম্না ইখং খংনা ) কীরী ওইরা? ইবুং

রামেশ — করিগুম্ববা অমতা হংজগে

রোমী — হংবায়ু কানানো, ঐসু খুদীগে

রামেশ — চোহ্‌থরগী খুলগী থুলাকপগী য়ুম য়োগদবসে কয়াম রাংলিবগে ?

রোমী — খাবীদদে কীরী খংক ওইরা। এ তাকপীগে (খুনিং কাংনা কাংনা খুদোনবীনা থিন্দুনা ) ইবুং আদা ঊরিবা খুনসিগী তু তু- (রামেশ কদাঙ হ রহনা মাগু খুনীং কাংনা য়েংলীমৈ রোমীনা হন্দোকরকপদা রামেশকা খেনৈ য়াম্না ইকাইনা)

রামেশ — ঐহাক মহাকা য়ুমদা থবক অমগী-মক লাকপনি

রোমী -- খুলাকপা মফমসিদা শোইদন লাকপাগনি কারী রারী শাবাগদবা।

রামেশ — ইচনবু খুলাকপগা কয়ান থাপনবগে ?

রোমী -- এহাকপে খুলাকপগী মচাহুপান।

রামেশ — (নোও।) য়াম্ন নুংঙাইজবে। অহু মফমসিদা খুলাকপা শোইদনা লাক্কদরা ঈচল

রোমী — লাকপাগনি এগা অপা খুলাকপ, এপু লোবা লাকপা মতম ওইরবনি

রামেশ — অহুগা মফম স গী য়ুম যোগদবা কয়াম রাংলিবগে ?

রোমী — থর রাংলা মাইল অমা ওইগরা? অহু ইবুংনা অপা খুলাকপা ঊপ্পরবাগদবনা কাবা ওইবনো

রামেশ — ঐহাক নখোয় খুলসিদা ওজা ওইবা লাকপনে নখোয় খুলগী SchoolগীSecy না খুলাকপগীদা থুংগদবনি তাকপ রম্মী .

রোমী — ঐগী অপানা হায়বা মীতে ওজা হায়বহু ইবুং মং ওইবীরা ?

'লৌগে তৌই ঙোমীগী' কোক। রাজেশকী কোক্ত থংবৈ

রাজেশ — (অশোকপা মকমদা নান্দুনা) ঙোমী শোকতরা? -

খুলাকপা — এ থেংগাইপা লাকপীরু ওজা লাকপীরু ঐখী মরুম য়ৌরগা অহাওবা এজাং 'ওকপা। থোংবা শনমং থোংবা চাবীদে হুংগাই হুংগাইবা মারী শাকীসে (ভাংনা ভাংনা মাং থাহুন চংখি ফুংদা রাজেশ ঙোমী হন্না হন্না চাপ্পা মীয়েং য়েংনা ফুংথ মাংথা চংমিন্নখি)।।

—০—

# অহুমশুবা মতাং

**মফম — চাওবগী য়ুম**

**মতম — নুমিদাং মাইরম**

অহল ওইরবা চাওবা লোক কল্লা খুরহুনা মফম মরকতা ভাংউ মৈখুম্ থকপগী পাইরি;

চাওবা — অহল মতম্না ওইশিলকপনে, মায়েদো ঐগী পুন্সি, ইপাগী মায়েশ মতম অমদা নংনা নপা ঐঙোন্দা ওজা ওইবা চংচক-য়োই হায়থিবা অহুবু চহি ৫/৬ শুরে ঙসি ফাওবা ইচাগী অংতাব। মফম থংগ্রি ভোকহল্লসি হান্নবা চহি ৫/৬ রানা শাংলকলে (নুংশা খর শাংনা হেন্দুনা লোক মাম্বা মাম্বা খুবকই মত ংসিদা রানী থোরকই)

রানী — বাজি অংক রানা লোকখুববদ। মখু থরম্ থাদোক পীমু ডাক কুঞেনমু মৈখু থাদোকপীনবা কয়ারক হান্নরম্লবনি

চাওবা — ইপাম্ থংই ফত্তে হায়বসে, হৈনরু রা চিঞ্জাক লৈরুবনা পাক হেক থাদোকপা ঙমদবদো

রানী — বাজি ঙরাং উখ্রুলদগী তাচৌনা চিঠি সম্মা থারকই

চাওবা — হায়রু অম্মু ইপাদা মাবু অনা অয়েক য়াওই হায়বা?

রানী — অনা অয়েকী বাদি য়াওদে হন্দক ছুটি লাকনি হাল্লকই তাচৌনা হন্দক ছুটি লাক্লবদি বাজি ঐস্থ উখ্রুলদা চংপা য়াওগেকো

খোইহুম — Very very good, I am a man, But you are a nices girl, I love my শুকং with you,

রানী — তা খোইহুম ওসিদি থাক রাংলবা English লোনবদি কয়াদা পকচন্ত্রবা Hindi Film গী Johny walker মাল্লিকো

খোইহুম — রানী, পুন্সিগী যৌবন বসন্তদা অনৌবা য়েনিং হুন্দ্রবা, নোংজু থাদা নোং তাদ্রবা, য়াওশংদা অবের থুংলদ্রবদা থক হৌনদে।

রানী — ওসিদি তা খোইহুম রাংলা য়ায়া মুওাইগ্রমালে ফজ-ফজরবা সাহিত্যগী রাঙাং কয়া .... ... ...

খোইহুম — সাহিত্য হায়রবসি Romance নি, Romace হায়বসি যৌবনগী মতম ওইরকপা মতমদা নত্তনা করম্বা মতমদা ওইথোকমি, বসন্তগী মতমদা লৈরাংগী নাক্তা খোইমুনা ভাংলবা, বসন্ত কোকিল খোংলবা হায়রবসে মহৌশাগী চৎনবী নত্রা ?

রানী — লৈরাংদা খোইমু ইত্রবদি মহৌশা কৌবী লাই রম্বীনা তেংথ রোইদ্রা ?

খোইহুম মুংশিং শিংনগা উনা লেংত্রবা, পাখং লাক্লগা লৈশাবীনা থৌশাবীত্রবদি সরকাবগী আইন লাক্ল হায়মনবা থাকে াই

রানি — ওসিগী সরকার Strike তৌত্রবদি দাবী পীত্রবনি তা খোইহুম Stirke অহা-বা থুংলাইনি দাবী কংনবদি

খোইহুম — (খরা ওক্লা মওক নোক্লগা) য়েংউ রানী নখোয়গী ইখোল মতোন্দা চেক্লা জুরা জুরাসি খোংহুনা লৈরীবসি উরত্রা?

রানি — (য়াম্না মুনা য়েংলগা) উরে অহু কৈদৌরবগে

খোইহুম — নং করি থম্মী, মসি উরগা

রানী — কম্বিবু থম্মুনি হায়রবগে তা খোইহুম

খোইহুম — রানী নংগী থম্মোইহু নুং চংই হে

রানী — মতা অমনিনে তা খোইহুমসে

খোইহুম — ঈশৈ

নংমুক থম্মোই কনবী

ইমা, পোকতৈ উদন্নি

নুপা — শেংলবা থম্মোইগী লৈকোন্দা

লৈশাং তমলোনা লৈরাংও

পাইরক্কে খোইমু ওইনা ঐহাক্না

গুন গুন ঙং ঙংলহুন।

শোং নাম্বা তেক্লবনু পাইরক্কে (একতিং য়াওনা)

নুপী — নিঙোল ওইবী মপোক্লে

নুংশি নফমদা শীন্নচরে

পাম্মু নকাদা কৎ থাকচরে

ইন্নাই থিবী ঐহাক্লে,

নুপা — থাদোক্নরোই নুংশি নংবু

এগী থরাইনা হিংলিমথৈ

লেপ্লবনি নুংশি নংগীদমক

পুন্সিগী ওইনা ঐহাক্লে,

নুপী — থাদোকপানু এবু পুন্সিগী

তাইবং মানোক মরক্তিদা

হুন্দোকপানু এবু ইদোম তরক

কল্লক মানোক মরক্তিদা

নুপা — কাবগী চিংনরি করিগী লাংতক্নরি

চিংন পরৈ খ দোক্লে।

রাখল কিশি হন্দোক্লো

নুপী — শেম্মানশি পুন্সি লৈপুন

মুপা + মুপী নং-ঐ ঐ-নং

মুপী + মুপা ঐ-নং নং-ঐ

ঈশৈগী লোইরমদাইদা তাতোম্বী ঈশৈ ভাই অশাওবা উংলি নিঙমদবগী মিয়েংদা য়েংই অমুক চংলকই অমুক হন্দোকই, ঈশৈ লোইরবদা

তাতোম্বী — ঙসিদি উচিসে মখেল লাংলেদা চৌদোং লৈতব্রা ?

খোইহুম — (য়াম্না কলেজ। লৈনা) মতাং চাদনা থংবা কাকসে সাইরোং মরু চ রনা

তাতোম্বী — ঙাংবদা কনবা থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদ্রবা মীশিংসে

খোইহুম — শামানবা লম্বা থেংনরবদি অচিকপা মী পোং তিন্দবা মফমদা

তাতোম্বা — অঙম ঙমদা শক তাক্লবা ঐখোয় দি মীয়াম তিনবা রজাবদা লাইবক য়েংজনিংই ।

খোইহুম — খাম্বীনবা লৈবা মীয়াম তিনবা মফমদা থৎন চৈনবা ঐ পামজদে নত্রা ? রানী „ ঙসিদি ঐ হল্লগে মতম শাংনা লৈথোকলুরমালে Factory দা থবক খর লৈহৌই

রানী — ফরেনে তাখোইহুম য়োরো (খোইহুম চৎখি লর্বাদা তা তোম্বী তাখোইহুম অনি লম্বী লমউকনৈ থৈনরগা চৎখি)

তাতোম্বী — (শাওনা) রানী করিনা ঙসি খোইহুম মখোয় অসিগী দৃশ্যাদো।

রানী — তাতোম্বাগী করি পেন্দবা ?

তাতোম্বী — পেন্দবা রা ঙাক নত্তে মাগী কোক বেড়া লৈব খোইহুম হায়বসিগা শঙ্গ ওইনজনিংদগী

রানী — কৈরোয় লৈকাইনি কৈদৌই হায়বগে, মশাগী কোক বেড়া লৈ হায়বা খঙলবা তাতোম্বীনা অহুক থম্বল চাওবীরিবহুবু।

তাতোম্বী - রানী, মীওইবগী মরক্তা কল্লকপা, অপাম্বা,মুংশিবা ফাওদ্রবা

মীশক অহুবু মীনী হায়না লৌরবদি অরানবা ওইরোইদ্রা?

রানী — পাওখোং অহুনা করি অমুক তাকদি,

তাতোম্বী — রানী নং ঐগী থম্মোই মশক খঙত্রমালে, অপাম্বগী লাং থাকদিংউদ্রা অতোপ্পা জীব কনা চংহনবিংদে

রানী — তাতোম্বীনা অহুক থম্মোই পিকলমগনি হায়বদি ঐ থক থাজরুদে

তাতোম্বী— ওসিগী অসিংগুম্বা সংসাবসিদা থম্মোই চাওবা কনানো, অপাম্বা, মুশিবা কয়াগী মফমদা নফম মতম য়েংহনা নাপল তৌরম্বা য়াই

রানী — নাপলগী লাংদা লঙ্কাগী রাবন নিংশিংবীয়ু তাতোম্বী

তাতোম্বী— রানী নং মুন্না খল্লু! খোইহুম কনানো ? নংগী তাতোম্বী কবিনো ?

তাতোম্বী— শেল পাইবগী কালেজাদা খোইহুম মথল কয়াগী শবলোন লৌরম্বা যাই অহুব ঐখোয় ঠিকাদার কয়াস্থু Bill ফংবা নুমিৎতা লূপ লিশিং কয়াগী কলেজা থেংনবীরবা নত্রা ?

রানী — ত তোম্বা অহুক হাক্ত রাবৌফম থোকতমালে খল্লী

তাতোম্বী - কবিগী রাবোবে ইদৌবিবনো

রানী - কোক বেড়া লৈ খঙবা, জ্ঞান তারবা ঠিকাদার অমনা রাবৌফম থোক্তমালে খল্লী

তাতোম্বী - চুম্মা বানা ঐহনা খবা হেন্না নংবু নুংশিকবনা থম্বল চাওগী রানীদা

রানী — (নোক্লগ) হয়েং কবিগুগা তাতে থ্বী খোইদা লৈবা থোক্ল-বদি লৈরক্কা কনাগুম্ব লূপা নহাগা চৎ গা য়ান্না রাবৌগদোবা জাৎনি

তাতোম্বী— অহুস্থ খলবা য়াই তৌবদবু ঐগীনি হেক খঙলবদা হয়িং লাবা অমা ফাওবা তেংহনজনিংদে

রানী — হয়েং লৈমীপ্নবা ঙমদৌ মান্দে অদুগা তৌরবদি ;

তাতোম্বী — মদু ফাওবা শামদে খঙজিনবা কৈ অদুবু নখোই তাচৌগী উখ্রুলগী পাওনা কমদৌরিবা

রানী — কমদৌবা হায়রবু হৌজিক ফাওবা School অদু সরকারগী ওইদ্রি অদুনা থা অমদা লুপা ১০০/১০০ ফংই ঙসি ৫/৬ নিগী মমাংদা য়ুমদা লাক্লম্মী

তাতোম্বী— অদুবু নখোয় তাচৌদো উখ্রুলদা লৈবদগী শক চু শরদি ওলেদো।

রানী — য়াম্না ঈংই হায় অদুনা ওইরিনীদা,

তাতোম্বী — খুলাকপগী মচ, নুপী বে'মী হায়বা অমা মহক্না Private তম্বী এঙোন্দগ্নু পাও তমলম্মী

রানী — চুম্মী খুলাকপগী মচানুপাদু লৈতৈগী চৎনবা য়াম্না শামম্ববী রায়ী এঙোন্দগ্নু তমলম্মা

তাতোম্বী— নখোয় তাচৌদু তাংখুল নুপী লোহুনা চোক্লগনি এ.খায়গী চৎনবা থাদোকত্তুনা . ...।

রানী — তাতোম্বী এগী রাদি মবুক মপাওগবু ফংবদি জ ৎ বিক্লাং খেৎনবগী করিস্ম লৈতে লৈমীনবা মুংঙাইরগা লোইবেদা।

তাতোম্বী — অদুবু নখোয় বাজিগী রানা ফমদৌবা

রানা — এখোয় বাজিগী রাদি ঈশা ঈশানবু য়াম্নরবদি বেড়া লৈতে চৌং-তম অমত্তনি চৌং-তমগী হৌবকফম অচেৎপা রাবা কয়া বাজিনা এঙোন্দা লাবা

তাতোম্বা— অদুদি খুলাকপগী মচানুপীদু নখোয় ইনম্মা শোইদনা ওইবা তারে

রানী — মহুনা তাতোম্বীনা ভাবনা শাবনি

তাতোম্বী — পুম্নমক মাগীদমক্তা রাবীবা তারে, নত্তে, নংগী অশানা কনদৌবা

রানী — ঐগী হায়ববু তাচৌগী ইনখ্রা অমা লাকত্রবদি ঐ ভুকওম ওমলোই

তাতোম্বী— রানী নংন্থ মুনা থল্লু! ঐসে চহি ৪০ রোম ওয়ে

রানী — তাতোম্বীনা য়াম্না থুবা ওইরবদি ঐ শংজয়ে অতোপ্পা অমা..

তাতোম্বী - করি য়ানো, রানী

রানী — অশেংবনি হয়েং ঐঙোন্দা দোছ তৌবীয়ু

তাতোম্বী— ওাইবগী য়াদি ওাইজগে, তৌবদবু অসি নৈ হায়জবগী য়ানি

রানী — তাতোম্বী মুনা খনবীয়ু; হয়েং ভুংদা ঐবু তৌওম্বী তাহনবীয়ু থাংবা কল্লগা কৈদোবা শাইব কল্লগা ওইনম্বা কাওবীরগনু

তাতোম্বী— [illegible] রানী 'টিকা' [illegible] ওাইবা তারি (মতাংসিদা [illegible] থায় [illegible])

খোইচুম— ([illegible]) [illegible] বাজিহু বাজিহু

রানী — তাখোইচুম [illegible] [illegible]

খোইচুম— নখোয় বাজিহু লাইখিবি তাতোম্বী ঈ ওইনা ময়াম লাক্লহোই

রানী — (য়াম্না সুংশা খিনা) তা খোইচুম (চংখি)

খোইচুম— হে নংন্থ লাকউ, চেনখি, তাতোম্বীনু চেনখি।

— —O— —

# "মরিশুবা মতাং"

মফম – শীরোই চীং-থক

মতম – হুমিং য়ু'বা .

চীঙ্করা: শীরোই চীংথক, রোমী রামেশ পুম্বা শীরোই চীংগী মথক্কী, মাইকৈ মরি, ওন ওন্দুনা য়েংই শীরোই চীংগী দৃশ্যশিংগী মরক্তা উচেক কয়া থোংই চীংগী মরিগু থোংই মথং-মথং মাইকৈ ওয়া ওন্দুনা রামেশনা রোমীদা হংই রোমীনা তাকই,

রোমী — তমগী ওজা মুংশিত্রা; ওসি শীরোই চীংগী দৃশ্যশিং অসে

রামেশ — অশেংবনি রোমী ওস্মোক্না পুক্কিং হুরবা দৃশ্যশিংনি

রোমী — অসিগুমবা কয়াসি উরুরগা ঐগী থম্মোইদসু অনোবা রাহং কয়া তোইনা তোইনা হংলি

রামেশ — য়েংউ রোমী থাপনা উরিবা অসিনা করিনো ?

রোমী — নাগালেন্দগী কোহিমা সহারনি অদুগনে ওজা অশোমদা উরিবসিনা ব্রহ্মাগী নিংথি তুরেল, অদুগা অসোমগীসিনা বসন্তগী অনৌ অনৌবা মথেলনি

রামেশ — ওসিগী দৃশ্যশিং অসিবু উরুরগা রোমী ওসিদি ঐগী থম্মোইদা অনৌবা অশা কয়াদি ফাওহল্লী

রোমী — ওজা ঐগী থম্মোইদসু থাওমত্রবা, ফোওমত্রবা রাহং কয়া নিংশিংহল্লী

রাশেশ — করম্বা নংগী থম্মোইগী নিঙ্গমদবা রাহং

রোমী — তমগী ওজা করা কয়ানা চৌংবী চমু কয়াগী পুন্সিবু কয়া লাইনা থমলবা।

রাশেশ — রোমী নং ঙসি ফাওবা ঐবু থাজদ্রি?

রোমী — করম্না ঐনা থাজগনি উন্না কুপ্না মীওইবগী হৃকচাংনি অহুগীম্ব মথক্তা ঐগী পুন্সিদি চৌংবী চন্নি

রাশেশ — চা ওথংলবা মতমগী অহোংবা নাইবা মতমসিদা চৌং তমগী থেংনবনা করিনো থম্মোই থম্মোইতা শেংনরগা লোইরে

রোমী — অহুবু ওজা ....... ।

রাশেশ — করিমো থম্মোই শেংনা ঐঙোন্দা হায়য়ু

রোমী ওজা! ঐদি ময়ুম্থু থক্লে অহুগা

রাশেশ — অহুগা করিনো চিংনবা লৈতনা ঐঙোন্দা হায়য়ু

রোমী — মতম অস্থুক কুইবসে ওজানা ঐবু হুংশিবীরবদি ঐনা শোকপা ঈশিং ফাওবা ওজানা থকপীদে ঐবু য়াম্না.......

রাশেশ — চুম্মী রোমী ঐম্থু মহুগীদমক নংনা ঐবু চিংনরমগনি- খল্লী অহুবু হয়েং মতম অমা শোইদনা লাকখিনী মতমহুদা নংনা শোকপা ঈশিংতা নক্তনা নংনা চাক থোংলগা ঐনা চা গদৌরিবনি

রোমী — করম্বা ওজাগী রাশক ......

রাশেশ — রাশক নত্তে রোমী ঙসিদি ঐ নঙোন্দা থম্মোইগী শেংলবা রাহং কয়া ফোংদোক্লগেকো

রোমী — ওজা নংসে নবুক য়াম্না লুবা মীনীকো ,

রাশেশ — ঐগী পুক লুবগী রা নত্তে , ঐনা খনখি নংবু হয়েং মতম চানা ঐগী ওইরবা মতমদা পুম্নমক নঙোন্দা শিন্নগনি মতম অহু য়ৌত্রি ফাওবদি ঐ নঙোন্দগী ঈশিং গ্রাস অমা ফাওবা থকপা পামদে

মুংশিদবমু ওমলোই, অমুবু হল্লোং মতম অমদা জাং তিন্নদ্রবী চৌংবী চমুরা ওইবী অমনা খাঙ্গলগদবা বৈচাক.... ...

রামেশ— সমাজগী কল্লবা মীনোক মৈশা লৈকাইগী খুনগী থৌনাইদবা কয়াগী রাক্কেম পুক্কমক মাইয়োক্লবা ওমদ্রবা নংগী ওজা থক ওইরোই

রোমী— ওজাগী শেংলবা থম্মোইগী মীমুংশি অহুমক্তা তোল্লবী জাং তিন্নদ্রবী চৌংমী ঐগী (গুলিবু) থম্মোইবু ওহোক্লা মঙল রামহনবী.বে ;

রামেশ— (য়াল্লা চন্না) রোমী তশেংনা নং ঐবুদি মুংশিকো —।

রোমী— ওজা । রোমীগী হকচাংদা অমুবা ঈ তেনলমগদবা মানব্রা ?

রামেশ— নংগী হকচাংদা তঙাং-তঙাংলবা ঈনা শেংনা চেল্লী, মচুম নংগী মাইথোংনা শাথিনি ।

রোমী— ওজা - ঐগী হকচাংগী ঈচেল পুক্মক্তা মহাক্কী মুংশি শক্তমবু মতম চুম্লদা শাগোনরি হায়বসি ঐবু থাজবীবোইদ্রা ?

রামেশ— রোমী —! (থম্মোই নিক্লা) নংমা ঐবু মুংশিবকো

রোমী— কল্লি কয়বা পাওখুমন' মু শিরগী শাথি থমগনি ওজা ?

রামেশ— রোমী (ঈশৈ ওইনা) নংগী নফমদগী মুংশি শাথি পামজদে

রুপা— চৌংগী ঈচল মুংশবী
শিন্নরে থম্মোয় মুংশি নকাদা
নংগী খাকললকপা মুংশি অমুত
শিন্নরে ওয়া চান্নবী নকাদা;

রুপী— তমগী ওজা মুংশিবা
কৎচরে থম্মোই মুংশি নকাদা
লৌজরে নংগী মুংশি খুদোল
থমজরে চেংনা থম্মোই মুংদা

সুপা— চীংগী ঈচল সুংশিবী
শিন্নরে থম্মোই সুংশি নকাদা
চীংগী ইচল চান্নবী
য়েংলোনে পামেন্নদা সুংশে উরিনা
পুল্লোনে থম্মোইসে সুংশি লিপুননা
সুপী— তমগী ওজা সুংশিবা
য়েংচরগে চেংনা পুন্সিগী ওইনা
ওইবিয়ু নঙনা লেংব্রবা পামেন
লেপ্পীয়ু নংন লেংদ্রবা উপাল
সুপা— চীংগী ঈচল সুংশিবী
থাদোক্লরোইকো নংবু পুন্সিগী
ঐগী থরায়সিনা লৈরিমখৈ
সুপী— তমগী ওজা সুংশিবা
থাদোকপীনুকো ঐবু পুন্সি চুপ্পা
লৈজগে ননাক্তা লেংদনা
লমজিংবিয়ু ঐবু পুন্সিগী ওইনা

[ঈশৈ লোইরকপদা পিটর চংলকুনা কল্লক থম্লল চাওনা মীৎ ঈ কানা য়েংলগা থাংওমদনা অশাওবনা শাফু ওইনা]

পিটর— রোমী ! মহুরা ? চীংমী চমু অমগী "লমচৎ
রোমী— ইবুং ঐনা নঙোন্দ। করি লাংশ্রবগে ?
পিটর— পুকচেল ফত্তনা মৈতৈ মরো চাওবা ওজা রামেশকা চিন্নবা শীয়োই চীংথকসিং ... ... ... ।
রোমী— চমচবা শেংলবা, ওজা রামেশতা মহুম্ন বদন ম শীবীগমুদা
পিটর— মরো চাওবা ওজা রামেশ, নংনা মহুগী মরম হংলোই
রোমী— রাহৈহুমক্লা ওজাগী মফমদা বদনাম শীবদি পামবীদেয়ে
পিটর— (রামেশতা) ওজা – । চীংমী সুপীবু মাংহন্নবা শীনবদি,

ওজাগী অফবা থক ওইরোইকো... ....

রামেশ— পিটর সাহেব, ঐনা-ঐগী পুলিসদা কনাবু মাংনবা পীনগ্রবগে

পিটর— এ-। ওজনা তৌববু ঐনা করি থওদনি মৈতৈ, নত্তাং চৌগনু

রামেশ— করম্বা চীংগী মুপীবু ঐনা মাংহনবা য়াওগ্রবগে নহাক্না অদুক য়াম্না শাওরিবদুবু

পিটর— ওজা-। রাথল মুনা তৌ, লমচং ফত্রবদিকো নংবু ঐগী নোংমৈনা কপুনা হাংকনি [মতাং সিদা পিটর নোংমৈ শংতুনা রামেশতা ওনশিল্লী রোমীনা মাংদা থংল্লী]

রোমী— ওজা য়ুমদা চংসি-।

পিটর— [শাওনা] রোমী নংনসু মৈতৈ ওজাগী মীচং-চংবা......

রোমী— ইবুং পিটর। নংনা ময়ু খরা থক্লগা অদুম্না ওজাদা তৌবদু ফত্তে তৌগনু

পিটর— ওজা! ঐবু মংক মুনা থওডো, ঐনা লালহৌবগী লিদরনে ঐগী থবকতা য়েংলবদি ওজা-ঐগী খুন্দা লৈবা য়ানোইয়ে

রামেশ— পিটর সাহেবকী থবক্তা ঐনা করিসু তয়েৎপা পীখিবা নৈতে

পিটর— [শাওনা] এ নংনা য়াম্না য়েংলে ওজা। রোমী মাগী ইপাগা ঐগী ইপাগানা ঐগীদমক পীবিবনে, অদু ওজা লৈবদগী মানা ঐবু য়াদ নে

রামেশ— পিটর—। অদুগীদমক ওইরে অদুক য়াম্না শাওরিবদি

পিটর— অদুগী নত্তবদি.. .. ...।

রামেশ— ঐহাক রোমীগী মফমদা অদুগুম্বা রাথল থক থল্লুবা নৈত্তে [রামী বহৈশিংদ তাবদ। মুংচাইতগী মওংদা লুকথখি নদু মাইয়েক্লনা উঠ]

পিটর— কৈয়ে মদু থওনা চংলু ঐগী অপাম্দা অপনবা পীরবদি ১৯ নোংমৈগী মচিনজাক ওইগনি, অদু ওসিগীদি ঐ

হনবীগ [শাওনা উশিংতনা-য়েংলদা চংখি] মতাং সিদা রামেশ তুমিন য়াং তাহনা-লুকখহনা লৈ]

রোমী— করি তৌরে ওজা-! অহুম তুম্মিন লৈরবদি

রামেশ— (তপ্না) করিসু তৌদে রোমী

রোমী— [শাওনা মহুনা ওজা ? মৈতৈ মুপাগী থৌনা, ঐবু মুংশি হায়বীরগা ইবুং পীটরগী নোংমৈ উবদগী ঐবু অমুক কাওং থোকপীগে খনত্রা ?

রামেশ— ঐবু পাংদবা ওইনা লৌগনু রোমী

রোমী— ওজা চীংমী মুপাদি লোইনা নোংমৈ পাইবনি ওজা ! অহুন্না ঐবু মুংশিবা তম্বীবগা থাদোকপীববদি ঐদি অপাগী নোংমৈনা ওজাবুসু অমুক কাপকনি

রামেশ— পিটইনা হায়রম্বা রাহুনা অচুম্বা ওইরবদি ঐনা নংবু ফংজবগী অশা লৈরমীত্র ?

রোমী— পীটইনা ঐবু পামহনা পংহাই হায়রগা ওজানা হেক্তা থাজবীগদ্রা ?

রামেশ— পুন্নমক ফরে নহারুবু ঐগীদমক লেপ্পীরবদি মতম পুন্নমকতা নহাক্কীদমক নংগী ওজা লৈরি

রোমী— ওজা মতম পুন্নমক ওজাগীদমক কখোকপা ভম্বা প্রাভু যীশুন পীবি সমুক্কো ওজা

রামেশ— রোমী ওসিদগী ঐনা নংবু মৈতৈগী চৎনবী মৈতৈ অহল লমনগী সেবা পুন্নমক য়েক শেংনা ধর্ম্মগী চৎনবী ঐনা .........

রোমী— মহু ঐগীসু পামজবনি, ওজা পুন্নমক ওজাগী য়াথং ...

রামেশ— অহুগা মতম পুন্নমক অপাগী য়াথং ভাঙ্গদবনি রোমী ....

রোমী— ঐগী অপাগী অপাম্বা চীং-তমগী চেৎনবা লীপুন-থম্মনবা হোৎনবদা ওজানসু ভেংবাংবীযু

রামেশ— চীংমী তম্মী অনীগী চেৎন-তৎনা থানদবা ওমবা হোৎনবদা ঐসু থরাই ফাওবা থাদোক্কনা ......... [মত্তাংসিদা পীটর শাওনা চংলকই]

পীটর— [শাওনা] ওজা ঙসিদি নঙোন্দগী রোমীবু ঐনা লৌহোবা তারে

রামেশ— পীটর সাহেপ রাকয়হু করিনো ? ঙসিদি অপাগী নাক্তগী ঐগা লোইনা লাকমীন্নবনি করম্না রোমীবু থমলমগনি, মহু তাকপীগনু ঙসিগীদমক ইপা খুলাকপনা ঐঙোন্দা শিন্নবীরকপনি-।

পিটর — ওজা ঙসিগী খুদোংচাবসি লাম্বোকয়নবীগনু ওজানা ফনা হায়হুনস রোমীবু ঙসিদি ঐগী নাক্তগী থাদোন্নরোই

রোমী — ইবুং পীটর মহুগুম্না রাহু হায়গনু ঐবু নংগী ওইবা হায়বদি নমং ফাওবা মংগনু

পীটর— মহু ঙসিদি তাইব ংদা ওই খোকপা শোইরবনি

রোমী— নহাক্না ঐবু ফাবদি মতিকস নত্তে ঐস খুলাকপাগী মচানী

পিটর— ওজা চৎখ্রা [মুরবগী শক্তম] রোমীবু থমলম্মু

রামেশ— পীটর সাহেব মহু তোবীনু নশাগী অফাবা ওইরদি ফৈ সুপীহু ফাহুনা লৌব হায়বসে তৌগনু

পীটর— [চংশিন্দুনা] রোমী লাও [খুদাং পাইহুনা চিংই রোমী থাংই]

রামেশ— [চন্না] পীটর সাহেব ঙসিগীদম রোমীবু থাদোকপীম্মু [রোমীনা পীটরগী মখুৎতা য়ানা চীকই চৈনা ফংবগী থাদোকই বোমী রমেশগী মাংদা থৎতুনা লেপ্পী মখোয় অহুমক মুরৈ)

পীটর - [শাওনা] ওজা চংশিল্লকনু মহুনা নংগী অমাংবা ওইগনী

রোমী— ইবুং নংগী নমাই ইকাইবা খক খঙদবকো রোমীবু পীটরনা অমুক মখুৎ পাইহুনা চীংই] ওজা ঐবু অমুক্তা কনবীনু

পীটব— ঐবু মী হাৎপা তাহনগন্নু ওজা। [বোমী অবোইবা মুপী থোনা ফুদোকত্তুনা পীটবগী খজাইদা খুবাক্কা থাই মতাং হুদা বামেশনা চংশিন্দুনা পীটরদগী নোংমৈ মুনগে জৌই মহুদা পীটবনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা রামেশকি খুৎ ওইগী পাম্বামদা পাল্লি ঈ খেংনা রা ল,ওনা তাবকই মহু উববদা বোমিনা।

রোমি— ওজা। ওজা! (পাখৎনা)

পীটব— খঙব্রা ? মহুনা নংগী অবোইবা নত্তে (তানজা যেংহুনা বোমিনা পীটবগী মখুৎতগী নেংমৈহু মুন্দুনা)

বোমি - ইবুং পীটব শিংনংদ্রবদি মফমসিদগী থুনা চংখ্রো। নত্রবদি (নোংমৈনা ওনশিন্দনা) . মহুনা নংগী অফবা ওইনি পীটর য়ায়া কিনা চেনখি।

রোমি— ওজা কবম তৌসিগে (মশাগী ইনফিদগী শেগাইহুনা অশোকপা রামেশকি পাম্পোমদা কিশিল্লি

বামেশ— য়াম্না থিনা শোকপা নত্তে নুংশা থিগন্নু

রোমি— হনখিবদা ডাক্তরগী মনাক্তা চংখিসি

রামেশ— রোমি ওসিগী থোদোকপি ইপা খুলাকপা খঙহনগন্নুকো

বোমি— করিগী অপা খুলাকপদা খঙহন্দূনা মাবু খুনজানা মাগী মথক্তা দন্দি পিহনগদবনি

বামেশ— মহুগী মতম মত্তে রোমি চৎলসি

রোমি— চৎলসি হল্লসি ওজা (হায়হুনা রামেশবু শমহুনা পুখি)

—0—

# "মঙাশুবা মত্তাং"

মফম : রানীগী য়ুম, মতম : নুমিদাংবাইরম

[রানী য়াম্না য়াখল নুংঙাইতনা মপাগী ফোটোদু টেবোল মথক্তা থম্লগা মুন্না য়েংলগা হৈ-লৈ কংচবগী শকমনি মতাংসিদা য়ুমলোম্নবা মীনা কৌরকই -

অতোপ্পা মী— রানী নং নতোমতা লৈবা কিবরা ? ঐথোয়সু লাকউম্না ?

রানী— থুরা য়ানি কিদেদা।

অতোপ্পা মী— নুমিদাং য়াইরেকপা শোইদনা লাকনিদা কিনু-কিনু

রানী — বাজি পংলবী নচাবু কনাগী মফমদা শিন্নবীরমবগেনে (মপাগী ফোটো য়েংলগা) নুমিৎ খুদিং নচাবু থৌদাবা মতম ওইদ্রবরা ? ঙসি ৪/৫ নিদি নচাবু থৌদাবী-রদবা বাজি পংলবী নচাবু থাদোকলম লমদম কৈদবু চৎলবগেনে ! বাজি [হিক-হিক কপলকই]

(কপ্প-কপ্পা ঈশৈ ওইনা)

ও ! - ওহ - ও
ঐগী বাবা নুংশিবা
কল্লক মৈশা মরুকসিদা
পংলবী নচাবু হুন্দোকপীরমলে

পম্বোগী লমন শিংঙমখিদে
পংলবী থম্মোয়বু ম্নারোবীমু
মীৎকী পিরাং অসিনা
পম্বোগী লমনবু ওইহনবীয়ুকো।

অঙাং নম্রা ওইরিঙৈ
নপারী খুৎতা শমলহনা
মমোমবু নমদা পোরহনা
হায়খিবদাই থাদোকলোইকো।

রানী— বাজি নংগী নচাশিংবু কনাগী মকমদা শিন্নবীরম্বা, হাংলবা চাওরবা য়ুমসিদা কনাগী মকমদা শিন্নবীরম্বা। (মতাংসিদা খোইহুম ময়োম অচৌবা অমা পাইরদুনা লাংথৈ হল্লকপগী চংলকই রানীগী মঙং মতৌহু উরবদা। মিৎতগী পী তারক্লুনা পী তৈথোকই]

খোইহুম— রানী! নং কপ্পুনতা লৈরব্রা?

রানী— (য়াম্না ইকাইনা) তাখোইহুম, তাচৌগী পাওনা কমদোরম্বগে

খোইহুম— নংগী তাচৌগী পাওহুগীদমক ঐ য়ুমদগী চৎপা মুমিৎ ২/৩ শুরে, অহুবু গাড়ীস্থ বন্দনি হায়হনা চেন্দে, লম্বী ফাওনদে, মকমহুস্থ নাগাগী ইরাং কল্লী হায়হনা মী অমত্তা চংহন্দরে, উপাই লৈত্রহনা ঐ য়ুমলোমদা হল্লকলবনি

রানী— অহুদি কমদোনী তা-খোইহুম,

খোইহুম— রানী মহু পুম্নমক থাই ময়াম তানহনা কনবা শিনবা তাবনি অহুগা। নংস্থ (পেরি-পেরি তৌবা) কপ্পুনতা লৈর-মালে, অহুম তৌরবদি কমদোনি, মীওইবা পুম্নমক মোংমা নত্রগা নোংম শিগদবা তাক্তনি, হৌজিক কপকদম্বা।

তাতোম্বী— (উশিংতেবগী মওংদা) অহম,—অহম

খোইহুম— (অসিন্নাইসিবু) লৈনা পকপা মীগা লৈরব্রা? মকম মতম চাদনা ........!

রানী— (য়েংথোকই) হৈন্না! তা-তোম্বী লেংশিনবীয়ু চৌক্কিসিদা।

তাতোম্বী— (উশিংতেনা খোইহুমগী মমাং থখলগা) রারে রানী, ঐ ওরাংদো লাকে তৌবনি। অহুদা, ঐগী থবক মফমহুগী এ, ঈ সাহেবতু লাক্কুনা পার্টি মচা অমা তৌবদগী লাকপা ওমহৌদরে।

রানী— করিসু ঙাইদে তা-তোম্বী ওসি লেংবিরকইবসিনা

খোইহুম— রানী ঐসু ওরাংদো নংন্নবা লাকদবনি গাড়ীসু ফংদবদগী লাকপদো ওমখিদবনি।

রানী— তা-তোম্বী তা-খোইহুম পোত্থাবিরম্মু ঐ চা শেমজক্কখিগে ইদোমচাসু বজারদা চৎখিব'ন ঐ ইতোমতনি।

তাতোম্বী— (উশিংতেনা) রানী! চা শেমলুবসু, ঐ হৌজিক্কা হোতেলদগী শঙ্গে'ম, ওমলেট, অচা অথক্কা পুক অলি পিক থল্লি, অহুগী শকক বাজীগী কর্ম্মগী মরমদা তান্নসি করি অরাং অপা দরকার ওইবহু নংগী তা-তোম্বীদা হায়বু।

রানী— হন্দক্কী চান থক্কবগীদমক্তদি তা-খোইহুমগী দায়নি হায়বীব্রে।

খোইহুম— (ফুরিং কলব থেবকলগা) অহুনী বানী হন্দক্কী মামাগী কর্ম্মসি চামা চমানা মচন ওইহুনা তল, লাছ, থেরা, হৈ, বা, পুল্লপ হাপলগা পোলাং অমমমদা—য়েনসি।

তাতোম্বী— পুন্নমক কান্নদে রানী, হৌজিকপু পোলাংও করিও রাই চাইনবনি। অহুগী শকক steel গী বালটিন অমমমদা তল, বেরা, গুলানচিংবা মচন শুনা হাপলগা য়েনগা-গী হন্দক্কা মামাগী লোইরবনি মরম পুন্নমক ফনবসি তা-দা অম্বিনা শিনবীদবা য়াত্রবনি!

খোইহুম— রানী হন্দক্কী মামাইবুংডোগী কর্ম্মাসে নং নথন্তা ওাইবসিদা য়াম্না রারনি, অতুগী শরুক ঐখোয়গী মুমদা পুরগা চাওনা শোন্নুরসি।

তা-তোম্বী— রানী—বাজি লৈখিদবতা ওাইরিডেদা মীগী শুমাং পুরগা শোরাৎ শোনবসে হৌনদে ঐগী থবক শুবগী লেভর ময়ামস্ত পুরকে মফমসিদা শেমজিন শাজিন্নগা মফমসিদা চাওনা শোনগদবনি।

খোইহুম— ফরেনে রানী, ঐখোয়দা শোনবসি য়ানিংদ্রবদি মফমসিদা অতুম শোন্নসি, চান্নবহুনা চান্নবা ওইথ্রগা, সে, অহানবগী ওইনা লুপা লিশিং কয়ানা শিন্নুগে।

তা-তোম্বী— হোইদা রানী শিনবগী শিনবা মংনা ননিং তন্না 'শন্নু সে, অহানবগী ওইনা লুপা লিশিং ৫ সি পাইশিন্ন (লৌথোক্কুনা পী) রানী য়াম্না লৌনিংদনা।

রানী— য়ারনীদ তা-তোম্বী।

তা-তোম্বী— সেনে পাইশিন্নুনে (পী লৌই রানীন্থ) কলেজাগী মওংদা উশিৎতবা মীৎয়েংগা লোইননা)

খোইহুম— (শাওনা) ককানদে রানী অঙাং মুপী খাক্কনা মমাগী মতমবাক্তা লৈবা মমাগী খোমলাং থক্লিবা অঙাং ফাওবা দম্ফিনা লুপা ৫'৫ ক্লেংগদবনি সে পাইশিন্নু (মঙ চৎপী বন্দল অমা পুথোক্কুনা পী।

তা-তোম্বী— রানী নংনা ঐগী লাক্ষ ২০ গী থবকতু খওইদনা, হৌজিক্তি পুম্নমক লোইরে চেক মনা পাইরে অহুনা বাজিগী কর্ম্মাংদি লুপা লাক্ষ কয়া চংনা শোনসিগে।

রানী— তা-তোম্বী বাজিগী কর্ম্মাদা লাক চংহনজরোইদা।

খোইহুম— য়াই, রানী, অদাম্বদা হায়্য়ু, লুপা লাক্ষ ৫/৬ কী রাসিদি ঐখোয় পাবুংগী কর্ম্মদদি নোংমগী ইনকমদনি, পুম্নমক

মতম নত্তে, বাজিগী মথৌ মতম পাংথাক্লবা, হিংহৌ-রিবা ঐখোয় খ্বাইনা শিন্নগদবনি নংগী তাচৌগী রা খল্লগুমসি

রানী— লৈখিদবা মতমদদু তাচৌহ্ বাজি উৎহৌদে। হৌজিকপু অমুক খোয়াং ফাওবা য়াগদবা তারবা, (কপনা-কপনা)

খোইহুম— (কপনা-কপনা) মামাগো মবুক মপাওনা করিবা, মুংশিদ কো মামা, নংনা অহুম্না কপুনা লৈরবদি ঐশু থম্মোইসে শেগাক কাইখ্রে ঐশু খাংবা ঙমদরে,

রানী— তাখোইহুম, মহু পুন্নমক খংই অহুবু খল্লরোই খল্লী রাবলে অহুম হেল্লকই তাখোইহুম ঐখোয় বাজিদো চাব মচেং তুম্বা মচেং নোংমতা পোত্থাবা লৈতনা শুথিদো

খোইহুম— মদু পুন্নমক মনা মপা ওইবগী খৌদাংনি

রানী— তা খোইহুম বাজিনা সংসারদগী থাদোকলমদাইগী মতমদা মচা ঐগী খুৎ পাইরদুনা শিন্নরম্বা হায়রম্বা পুন্নমক ঐ খক কাওবা ঙমদনা লৈরি মচা ঐগীদমক খনবদা শিবা ঙমদনা রানা খাংখিবা নিংশিংলুবগা খাংবা ঙমলক্তরে (হিক হিক কপলকই)

খোইহুম— (কপলকই) মুংশিবনিদকো মামাদো, মামা, মামা নমাক খোইহুমনা মতম পুন্নমকতা হিকতোকচরোই মামাগী য়াথং (হন্না-হন্না কপলকই) মামনা সংসার থাদোক্লমদাই, নমা কতা রানীবু চেকশিন্না শিন্নরমবদো, মামা নংাক্না রানীবু পুন্সিগী থাদোকচরোইয়ে

রানী— বাজিদো কাওবা শকহুম ঙমদরেদকো।

খোইহুম— (অরাবা পুন্নমক চোংশিল্লগা) রানী কপ্পা তোকলো, নংনা অহুম্না কপ্লবস্থ মামাইবুংঙোদো অমুক হল্লক্লরোইনে

রানী— অহুমুনে তা-খোইহুম রাংবা বাজিগী পাওসে তাচৌ

খোইহুম— হৃদক্লা লোইবা নত্তে, ইবাইবুংঙোগী মথৌ মঙম য়াম্না য়াংলি

রানী— (ওক্লা) তা খোইহুম কনাবুনো ইবাইবুংঙো হায়রিবদি

খোইহুম— মাম্না ইবুংঙোনা মচান্থপী তোন্দোন রানী থমাক খোই-হুমগী খুদাং পাই,, অরোইব: পুন্সিগী মীকুপ্তা খোইহুম লাইবক ফবদা শিন্নরম্বী। হৌজিক্তি মচন রানীগী মবুং রাজেশ খোইহুম ঐগীদি মবাইবুংঙো অরোইবা লেংত্রবা চৎনবীগী থিংখোলনি

রানী— তা-খোইহুম নংনা লম য়ৌশিল্লকইকো

খোইহুম— রানী নংবু মামানা হায়বতা ইনবদাইনে. মামাগী অরোইবা মতমদা শিন্নরম্বা হায়ববু মরম ওকপী রানীনা কৈদৌবগী ইল্লোইদৌরিবা।

রানী— (মোমোন মীনোক্ল ইকাই হুংশি য়াম্লনা) তা-খোইহুম নংসিমদি

খোইহুম— (করিমতা থৌশাদনা) অশেংবনি রানী ঐখোয় কপ্পরোইসি, ঐখোয়না কন্না কপ্পগা মামাইবুংঙো হল্লকদবস্নু নত্তে, অরেম্বদা মাগী মথৌদা খুরৌ চেন্দুনা তোকনি

রানী— অহুমু লৈকাইনা করিবু হায়নখিনী

খোইহুম— চুম্মী, হায়নিংবা হায়জসনো; মরম খুদিং ইদোমচা লাক্লগা কুপ্পা খন্নবা তাবনি [মতাংসিদা তা-ঙোম্বী খুৎতা Money Beg অমা পাই য়াম্না মশা নাললনা লাকপগী মওংদা চংলকই]

তাতোম্বী— (খৌদেমলকই)— অহুম, অহুম, অহুম!

খোইদ্রম— (হায়ফেৎ খওলদ্রনা) রানী ঐখোয় ময়াম চংনুনা শিনবা তাবনি শেল-থুমগী রা অমা চিংননিংঙাই লৈত্রে নংগীদমক নংগী তা খোইদ্র লৈরে

নংগী অপাম্বদা ঐস্নু শরুক য়াবা হায়বসে তঙাই ফদবা ঐগী ঈথৌনি রানী নং নত্তোমতা মকমসিদা লৈবা হায়বসে হুংঙাইরম্মোই, ঐস্নু ঙসিদগী নখোয়দা য়ারেক্তুনা লৈরগদবনি ঐগী চাক হাপচিল্লু।

তাত্তোম্বী – রানী! ঐ লৈনা লৈনা মী লেকহনবগী মথৌ তাদে ঐস্নু ঙসিদগী লেংদনা লৈরগদবনি অহুনা বেহ্ ফাওবা চৎলুখিগে চেক মনা কাইবা য়াত্রা নংত্রা য়েংলুগে।

রানী – তা-তোম্বী ঐস্নু হুকান ফাওবা চৎচগদবা লৈ থোকমিন্নরসি ঐ ইমুংদা অমুক্তা চংজরুখিগে (চংখিবা)

খোইহুম— ফনা তাল চারে ঐখোয়দ চৎলগা ইবানী ফিরোল লৌরুরসি (তা-তোম্বী তা-খোইহুম রানী চংখিবা ইমুংদা মুন্না য়েংই অসূন অহুম চংশিল্লকই অনিমক লেংবান লেংবান থেংনৈ )

তাতোম্বী – হায় রানী ঐ খোঙ্গালদা ঙাইরমলগে (থোকখি।)

———

# "তরুকশুবা মতাং"

মকম - খুল্লাকপগী য়ুম

মতম—অয়ুক

( খুল্লাকপা অহল মতম ওইশিল্লকপগী শক্তমনি মীনা লাকচবা য়াদবা মীশক্নি। অহুম্বু অহল ওইরবদা নিঙমলক্তেব: কয়া উৎলি )

খুল্লাকপা— অহল মতম ওইশিল্লকপান, ঐগী ইচা রোমীবু মফম খঙনা থম্বীরম্বা পাম্লবদা মহাক্না ময়ুম পাল্লু য়াদবসিনা করিগী, ঙসিদি মহাক্নী অশেংবা অমা খঙতবা য়াদে। (মতমসিদা পীটর শাওবগী শক্তমদা চংলকই )

পীটর— ইপা, খুল্লাকপা !

খুল্লাকপা— (তপ্ন) করি হায়নিং—ই ইচা নুপা ?

পীটর— মতম য়াম্না কুইপনে, ঐনা ইপাগা ৱারি শাবা পামপিপা,

খুল্লাকপা— ইচাগী, করি অপাম্বা হায়ু ;

পীটর— বোমী কদাই চৎখি।

খুল্লাকপা— মাদিকো, ঈশিংখোংদা ঈশিং শেকপা চৎখি, ঙসিদি ঐনস্থু নহাক্না উম্নবা য়াম্না নুংঙাইবনে, এনস্থু ংগী নফমদা, ৱারী খর শাবা পাম্মী।

পীটর— ইপাগী ৱানা করিনো ; হায়্নপীয়ো।

খুল্লাকপা— অহনগী মতম ওইরকপনে, ইপাসু অসুম অসুম শোনশীবনে, অহুনা নংগী নচন রোমীবু ঐনা থাজবা পামই, নংনা কোইনা চৎপনিনা, মবুক মপাও ফবা নুপা অমা থীপীয়ু।

পীটর— ইপাগী ৱা য়াম্না চুমপীবনে ;

খুল্লাকপা— নচনগী ফনবদি নখোয় ঐখোয় তানসি ;

পীটর— অহুগা মহাক্তি, মীতৈগী চৎনবী য়াম্না পামবীবনে, মসি অতৈ কনাগী খুজিন নত্তেরে; ওজা রমেশকী থৌরাং ঙাক্কনি;

খুল্লাকপা— হায়য়ু পীটর !

পীটর— ( য়াম্না উশিংঙনা ) নোংমম্তু শিরোই চীংকী চীংদোন্দা, ওজা রমেশকা মুংশিবা ঈশৈ শকমিন্নবা, ফজবা শেম চামিন্নবা, অহাওবা উহৈ ইরুপীবা ; ঐগী মীৎনা উপীবা ইয়া ঐ পামতেয়ে।

খুল্লাকপা— আই—পীটর, লৈশা-পাখং ওইবগীকো, অহাওবা শেম চামিন্নতনা ফজবা উহৈ ইন্নতনা ওকতা ইনগন্রা ?

পীটর— (শাওনা মীৎ ঈ কানা) খুল্লাকপা !

খুল্লাকপা— পীটর।

পীটর— (শাওনা) অহুতসু নত্তেয়ে ; নোংমম্তু ঈশিং খোঙতা চৎতুনা ঈরুজমিন্নবা, ওজা রমেশকী মঙ্গন্দা মুরা ননপীপা, ঐনা উপীবা, অতোপ্পা লৈশা-পাখং কয়ানা মখোয়গী মতো উরগা গা-গা নোকপীবা ; এ ঐ য় নিতেয়ে।

খুল্লাকপা— ওই পীটর লৈশা-পাখং ঈশিংখোংতা চৎতুনা মুরা ননমিন্নতনা শন্দংদা ননগন্রা ?

পীটর— (অশাওবা পনথৈ য়োনা মখুৎতা তিন শিৎ চল্লগা মফাইগন্দা তৈশিল্লী ) খুল্লাকপা !

খুল্লাকপা— ( শাওনা ) ওজা রমেশনা অহুক কুইনা লৈবীবসে, ইচা রোমীনা থোংবা চাক, ইঙ্গং, ইরোইশা, অকংবা শজি, অয়াইবা, নোংমতা চাবীদবা, মাদিকো, ঐগী ইচা রোমীনা শেকপা ঈশিং ফাওবা থকপিদবা, মাদি মৈতৈগী ধর্ম্মবু ঙাক্লা চৎপী নে ; ( করেম্মনা ) মানা ঐগী ইচাবু মুংশিবদি ওজা অমনা ছাত্রী অমদা মুংশিংবা ওইগনিদা !

পীটর— ইয়া—খুল্লাকপা ঐ শুকথা থাজদেয়ে।

খুল্লাকপা— পীটর—! ওজা রামেশনা ঐগী ইচাবু লৌবিরবদি ঐগী লাইবক ফবতা নত্তনা চীং-মী ঐখোয়গীসু লাইংক ফবনি।

পীটর— অপানা অচুম্বা খনবদি অরানবনে; ওজা-রামেশ য়াম্না শিংবা, মবুক য়াম্না ফত্তবা মীনী, করিগুম্বা ঐগী রানা অশেংবা ওইরবদি ওজা রামেশ ঐগী খুন্দা কয়া কুইনা লৈবা য়াগনি হেংপীযু। খুনগী লৈশা-পাখংনা মাবু য়াম্না শাওপীবনে,

খুল্লাকপা— পীটব! মীবু অচুম্বা ভাংগন্নুনে, মীবু বদনাম পীবা ফত্তে, চীংমী ঐখোযগী ফজবা রাৎকনিয়ে।

পীটর— ওজা বামেশ য়াম্না লুবা মীতানী হায়বা কাওবীদবা ফৈয়ে, খুল্লাকপা ঐগী রাবুনা লান্না লৌতুনা ঐবু ইকাইবা পীবা ভাববসু ঐগী রানা অচুম্বা ওইবরুবদি খুবাকপা চংনা স্বর্গ কাগনিয়ে।

খুল্লাকপা— (অশাওবগী ডমখৈ যৌনা) পীটব। নংগী রানা অশেংবা ওইববদি ফৈয়ে, করিগুম্বা নংগী রানা অবানবা ওইরবদি নংবু মীহৎপুংদা পুম্বনা নঙক কবলগা ইপাগী লুখা থাগনি।

পীটব— (থক থক নিক্না) খল্লাকপা—ফৈযে, ডসিদগী নুমিৎ .• কা মমুংদা ঐনা চাওনা খুদম পীগনি, পীটব কনানো মশক খংবীয়ু (শাৎনা চৎখি)

খুল্লাকপা— (নিঙমদনা) ডসি পীটবগী রাহৈশিং অচুম্বা ওইগদ্রা? মৈতৈ মবো তেত্রা? মপাগুম্বা এঙোন্দা থীনা থীনা চৈপীবা, ওজা রামেশকী মরাল ওইগদ্রা? ওইরোই, ঐগী ইচা রোমীতনা লালবা শোইদনা ওইগনিয়ে, লাব সম্ভু ঐগী ইচা রোমী (মত্তাংসিদা বোমী চংলকই)

রোমী— (হরাওনা) অপা! অপা! ওজা রামেশ কদাই চৎখি, মানা ঐবু অখোয়গী তমদা পুবীগনি হায়বগী, ঐস্থু মফি শেৎপীবনে গাড়ি চৎপা মতম ওইগনিয়ে, ওজা রামেশন্থি কদাই চৎপরা

খুল্লাকপা—(মমিত্তা পীগী ঈরা চেনবা) অপাগী রোমী, ওসিদি অপানা নংগী নফমদা রা খর হায়গে, অপানা হায়বন্সি নং ইনগত্রা ইলোইত্রা ?

রোমী— (য়াম্না সুংঙাইতনা) অপানা হায়বা খুদিংদা মচানা ইন্দবা লৈখিত্রি

খুল্লাকপা—(য়াম্না থরাই সুংঙাইতনা) অপাগী রোমী, অপাদি অহন মতম ওইরকপা শীরোই চীংগী অরাংবা চীংদোন্দা প্রভু যিশুনা অশাবু তোইনা তোইনা খুলাম তোইনা কৌবীপা, নংবু পোকপী অমানা ইঙাং ওইনা হুন্দোকপীরম্বা, অপানা কয়াগী মতিক রানা য়োকপীবা, অপানা হায়গদবা রাসে, নংবু পোকপী অমানা হায়গদবনি অত্তবু অপানা হায়পা ইনগত্রা ইল্লোইত্রা?

রোমী— অপা!

খুল্লাকপা—অপানা কো নংবু মবংখুই খুনগী খুল্লাকপাগী মচা জোনদা থাজবা পাম্বা, নং করি খনত্রা ?

রোমী —অপানা হায়বা খুদিংদা নচানা করিস্থু হিকদোকচরোই অপা—।

খুল্লাকপা—অহলগী মতম ওইরকপা ঈচাগী মফম অমা থংপা পাম্বা—।

রোমী —অপা, ওসি অয়ুক অওমবসিদা নীওমদবা রাহে কয়গা লোইননা নচাদা অত্থক কনবা থোদাং তাকপীবদি—।

খুল্লাকপা—অপানা খল্লীকো, নংপু অপানা হায়বা ইন্দবী ওইগদ্রা ?

রোমী —মহুস্থু ওইথোক্তবা নত্তে অপা!

খুল্লাকপা—(শাওনা) রোমী!

রোমী —অপানা ঐবু রাখল লৌশিং পুম্বা ত'কপীরে

খুল্লাকপা—করম্বা রাখল লৌশিং!

রোমী —অপানা ঐবু লাইরিক তমহনবীহুনা; রাখল, লৌশিং, পুম্বা থঙহনবীরে, মনিপুর চীং-তম ইমা অমত্তগী মচানি হায়না

তাকপীখিদাইনে অপানা চুমদ্রব্রা অপা ?

খুল্লাকপা—(নিঙমদনা) চুম্মী ! অপাগী রোমী, মনিপুর চৌং-তম ইমা অমত্তগী মচানি; চৌংমী-তম্মী অনিগী অচেৎপা লিপুন খক থুগাইবা য়ারোই থুগাইগেম্মু খনগন্নুকো।

রোমী —চৌং-তম অনিগী অচেৎপা শক্তম থুগাইজারোই

খুল্লাকপা—পুম্নমাক প্রভু বিশুনা থৌজানবীসম্মকো।

রোমী —অপা ওজাবু কদাই চৎপা গাড়ী থাবা মতম ওইবনে

খুল্লাকপা—মতম কুইনা লোইনরক্লবা মাগী ছাত্র-ছাত্রী কয়াবু কায়নবগী খুদোন তম্বা চৎপনে নংগী ওজা শোইদনা লাক্লগনি (মতাংসিদা রামেশ ময়োম অমা পাইরক্লুনা চংলকই)

রামেশ —ইপা ! ঐ মতম খবদং যুমদা চৎলুখিগে

রোমী —ওজা, নংদি ঙসাইদগী কদায়দা চৎপ্রা ? ওজানা ঐপু তমদা পুবীগনি হায়বহুদা ঐগী মফি মরোল অস্থম-অস্থম শেৎচিন-বীবা, অদুগা ওজানা তমদা পুনবা ময়োম শেমজবা

রামেশ —(য়াম্না নুংঙাইতনা) রোমী ! নহাক শাওরগম্মু, ঐনা হন্দক তমদা চংপসে নহাক য়াওরগম্মু, ঐনা হয়েংমুক লাক্লগা ঐগী ইচল রানীম্মু পুরকলগে, অদুগা ঐখোয় অহুম চৎমিন্নসি।

রোমী — ওজা—(নুংঙাইতনা) ঐবু পুবিগনি হায়রগা পুবীরোই থেক্তা হায়বা; ওজা নংসে নবুক য়াম্না ফত্তবনে।

খুল্লাকপা —(য়াম্না তপনা) অপাগী রোমী ! নংনা ওজাগী চৎলমদাইদা করিগী কপ্পগে, অদুগী শরুক ওজাগী মফি মরোল য়োমশিন্বীয়ু, অদুগাকো অপাগী খুনগী পম্বোং ফাওবা থিনদোকপীয়ু

রোমী —ওজা ! নংনা ঐবু ইম্ফালদা পুবীরবস্মু খুনগী পম্বোং ফাওবা থিনবীবা।

রামেশ —ঈচলনা থিনদনা কানানা থিনগনি। (য়াম্না তপনা) ইপা ঐ মতম খরদং চৎচরুখিগে ( খুল্লাকপগী খোংগী খোংবী অনিদা খুৎনা শোক্তুনা খুরম্মী )

খুল্লাকপা— ( মতৌগুম উরুবদা কপনা কপনা মঙ্গল পীরহুনা) ওজা!
ওজা—চৎপীয়ুকো চৎপীয় ; চৌংদা পোকপা পংলবা খুল্লাকপা, ঐগীদি করিগুম খুদোন তমজনিংঙাই লৈতে। অহুনা ওজা অমুক তম্না লাকপীয়ুকো ( মাই লৈথোক্লুনা কপই ) মানা চীংমী ঐপু মশাগুম্না খনবীবা, ঐনম্মকো, মাবু ঐগী ইচাগুম্না খনবীবা, পীটরনা মাগী নিংবা থুংনবা পংহায় হায়জিনবা।
( রামেশ চৎখিবা ) শাওনা পীটরনা ওজাগী মফমদা পংহায় হায়জিনবা (মতাংসিদা রোমী + রামেশ তুং-মাং য়েংহুনা ময়োম পাইন্দুনা থোরকই )

রোমী— অপা ঐ ওজাবু খুনগী পম্বোং ফাওবা থিনদোকপীগে।

রামেশ— ইপা—ঐ অমুক ( মীৎতা পীগী ঈরা হোনা থোকখিবা )

খুল্লাকপা—( কপ্পা ) চৎলু-ওজা চৎলু, অমুক তননা হল্লকউকো ওজা!
( রামেশ+রোমী য়াম্না তপনা মুংঙাইতনা থোকখি ) কয়াদা চমথ্রবা ওজা রামেশ মহাক্না ঐবু মাগী অপোকপা মশাগুম্না কয়াদা লুনা খনজবা ঐঙোন্দা ব্যবহার তৌরম্বা, মহাক্না ঐগী ইচা রোমীগী মফমদা কৈদৌনুংদা অকাইবা তৌরস্রোই, ( শাওনা ) পীটরনা মাগী অনিংবা পাংথোক্লবা হোৎনবদা পংহাই হায়বা ওইরমগনি। খঙগনি হন্দক্কী মাগী মফমদা ঐনা অকনবা থবক তৌবা তাই। ( শাওনা থোকখি )
( রোমী + রামেশ তুং-মাং য়েংহুনা লাকই)

রোমী— ওজা খুনগী পম্বোং য়োরেকো

রামেশ— রোমী ; নং ঐবু শাওগনুকো মথংগী খৃষ্ট মাসকী চৎপদা শোইদনা নংবু ইস্ফালদা পুবীরগে।

রোমী— ওজানা ঐবু পুবীত্রবনিনা ঐনা তপচখিবা চাগী খুজি, চরিক পরেং কাওবীরক্লুকো—ওজা ;

রামেশ— রোমী ঐ নংগী চাগী খুজি, চরিক পরেং শোইদনা লৈরক্লনি

রোমী— ওজা ( হিক হিক কপ্পুনা )

রামেশ— ( য়াম্না হুংঙাইতনা ) রোমী ঐ শোইদনা নংবু মথংদা ইস্কালদা পুগনি য়াম্না থুনা ইস্কালদগী হল্লকনি ।

রোমী— ওজা ; চংলোকো ওজা ; ( ঈশৈ ওইনা রোমীনা শকলকই )

মুপী— তমগী ওজা মুংশিবা,
চংলগেরা ঐবু থাদোক্তুনা
লকান্নুংদা লাংচকবা নংবু
মঙলানগী মুংশিবা ওইরগদ্রা ?

মুপা— লৈহৌবোকো চীংগী ঈচল
মীকুপ অমত্তা কাইনবন্দিদা
পুম্সিগী ওইনা খনগন্নুকো
কাওঙমলবোই চীংগী ঈচল ॥

মুপী— চীংমী নিঙোল ঐগী
তমজনিংঙাই লৈজদে নকাদা
শিঙ্খরীবা পীরাং অসিনা
পান্মু খুদোল ওইবীয়ুকো ।॥

মুপা— রাকচিংগী উলেন নংলবী
কালেন লৈতংগাইদা শাৎচবী
লৈবাকলৈগুম শাৎলম্মুকো
চীংমুং লৈবাক্তা
লৈহৌয়োকো চীংগী ঈচল ॥

রামেশ— ( খুং হায়র হায়রদুনা মসত্তা চৎখি )

রোমী— (য়াম্না চাক্ক মীৎ কুপ্তুনা য়েংলগা) তমগী ওজা ।
তমগী ওজা । তমগী ওজা ।
( মীৎতগী পী ঈরা হোনা য়েংলগা লেপ্তুনা লৈহোই )

# "তরং শুবা মতাং"

মফম—রানীগী য়ুম

মতম—নুমিদাংরাইরম

( রানী মাঙ্গোলদা পোংচৈ লোইশিন্দুনা লৈ মতাংসিদা খোইতুম ঈশৈ মতেক অমা ভংল ভংলতুনা চংলকই ঈশৈ অতু রানী তাই )

রানী— তাখোইতুম, মোন্দাবু ওস্তোক্রা শুংভাইবীরিয়ে।

খোইতুম— নখোয় ইদোমচা লৈত্রব্রা ?

রানী— লৈত্তেয়ে করিগীনো ?

খোইতুম— উন্ননিংদবগী রানি, ।

রানী — করিগীনো ?

খোইতুম— নখোয় ইদোমচানা ঐবু নখোয়দা চংহননিংদবগী রাভাং খর ভাংই।

রানী— করি হায়রিবা।

খোইতুম— ওহানদো ! ( একতিং য়াওনা ) হৈ খোইতুম, হায়না ঐবু কৌরগা অস্মূন্না হায় লাকখো, লাও ! করিগীনো নংনা ঐ লৈত্রিরৈভদা তাল্লক য়েংতুনা ঐখোয়দা হেক হেক চংই হায়বসি চুস্ত্রা? সিনিনে।

রানী — অতুদা তাখোইতুমদি করি হায়না খুমলম্মী।

খোইতুম— ঐস্মু চুস্ত্রা হায়রকলবতুদা চুম্মী অস্মুম খুমলম্মী।

রানী — অতু মথাদি করি অমতা হায়রকত্রা ?

খোইতুম— করি হায়দনি মতুং মনাওদি অতুম তৌগনু, করিগুম্বা ঐ থেংনরবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু সিনিমে।

রানী — ভসিদি ঐখোয় ইদোমচা লৈতেংয়ে লেংশিনবীরকউ চৌকি-সিদা ফম্মু।

খোইহুম- তান চারেদা ( কম্মী )

রানী — ঙসিদি মোন্দা য়াম্মা মুংঙাইগ্রমালে ঈশৈকা ঙংহুনা লাকইকো।

খোইহুম— নহা ওইরিঙৈদা মুংঙাইহৌদনা করম্বা ঃতমদা মুংঙাইহৌনি।

রানী — ঐখোয়দি নহা মন্ত্রমালে তাখোইহুম রাথলসি নোংম-নোংমা কাংদনা অরাবা পোৎলুম পুহুনতা লৈরে।

খোইহুম— নংগী অরাবা কোক্লবা খে'ংদারসি!

রানী — কদাইদা?

খোইহুম— অনৌবা সংসার অমদা, পুজরগে অরাবা পোৎলুম, খাংজগে চৈনা, লৈবীয়ু নংত লেংদনা ইনাক্তা।

রানী — তাখোইহুমগী নাক্তা ঐ লৈরগা চাদবা য়াগদ্রা? চাক ঈশিং।

খোইহুম— তশেংবনি রানী, নংগী শকফম উরগা পেনজৈদো, লেনঙম্নি থক্লি চাদনা, নত্তে; রানী ঐসিবু নংগী পোৎশেম্না···।

রানী — কদাইদগীনো কির কিরবা রা-ঙাক্তা।

খোইহুম— উজনিংই নশক্তম, মীকুপ কাংদ, মুতিগী উরগসু ফোঙমদে থম্মোইগী অনিংবা, ফোংদোকওমদে থম্মোইগী অপাম্বা।

রানী — ঐনা খাংজরিবা অরাবসু নসুংলাংগীনি তাখোইহুম মুংশিবা!

খোইহুম— তশেংব্রা? রানী নংগী য়াত্তাহুবু!

রানী — তশেংবনি, নশুংলাংগীনি থাংলিবা অরাবনি।

খোইহুম— মহুমক্তা তশেংবা ওইরবদি খোইহুম ঐ পোকচমলগী মহে য়াল্লে, খোইহুমগীদমক রাবীবা নং অমা লৈরবদা।

রানী — মতমচুপ্লা খাংজরিবসি তাখোইহুমগীদমক্তি।

খোইহুম— য়াম্না মুংঙাইরে ঙসিদি, অহু অতৈদি লাইরি নখোয় তাচৌগী পাওনা কমদৌরি।

রানী — মহাক ঙসি হয়েংসিদা শোইদনা লাক্লগনি, মহাক্তা থারকপা চিঠি অমসু ফংলে।

খোইদুম— হন্দক নখোয় তাচৌনা লাক্লবদি ঐখোয় নুংঙাইবা য়ারেক্কো।

রানী — হন্দক তাচৌনা লাক্লবদি ঐবু উগ্রসেনদা পুরবীনী শীরোই চৌংগী ফজবা দৃশ্য্য। কয়া য়েংহনবীনী হায়রকই।

খোইদুম— নহাকনা ইদোমচানী কারবাক্কী পৈশা খর পীয়ু হায়দুনু নৈরব্রা ? নৈত্রবদি ঙসিসি পিগে হায়দুনা লাকইবনি।

রানী — অদুবু তাখোইদুম অদুবু অচুমত্রা ?

খোইদুম— নুপা মচানি হায়নখিবা, ঙাংলখিবা ৱা লোইবরা ?

রানী — নুপী মচানি ঙাংনখিবা ৱা নাত্তোক্তচরোই।

খোইদুম— ( হরাওনা ) ভেরি, ভেরি থেঙ্কস সে পৈশাসি পাইশিল্লু হৌজিক্কি অঙ্কানি পাইশিল্লা. অদুগা লুহোংবদি লোইবা য়াবা নত্তে মসি লুহোংবগী এদভান্স পীজরবনি।

রানী — খঙজরে এদভান্স পাইশিনজরে ( লোই )

খোইদুম— ঙসিদি পোইলা তারিখ, ঐদি খুৎ থেককুনা পাল্লগদবনি শোইনরগুমসি রানী গুদ বাই গুদ বাই ঐ য়াঙংগং শেংদোকপা চৎলে ( হরাওনা চেনখি )।

রানী — ( য়েংদুনা নোকচাহোই নোলুবগা খৎলকই ) ঐসিবু মীনা করি হায়রমগানি, তাখোইদুমগী লুপা খর, বাকল অমত্রোমদা তাত্তোম্বীদগী কয়া, মতমলিদা, করি উপাইদি নৈরি, য়ান্নজি নৈখিদে, তাচৌ সরকারগী থবক হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি, তাচৌনা সরকারগী ওজা ওইরবা মতমদা তলব চাওনা চারবা কতমদা পুম্মক মীগী লমন শিংবা তারেদবা ( তাতোম্বী য়ায়া শাওনা চংলকই ) রানী ইমুং চংগে তৌই।

তাত্তোম্বী— রানী, ঙাইখো চৎশিল্লু ;

রানী — তাতোম্বী কৈদৌরবগে অদুক খিংইবরুবু।

তাতোম্বী— রানী ঙসিদি অশেংবা অম হায়রো ?

রানী — তাতোম্বী ঙসি ফাওবদা রানীগী অশেংবা খংবীদ্রিবরা ? মুপাগী খম্মোইনবু অমুক মীশিং নাশিংবীদরাও।

তাতোম্বী— করম্বা মংগী অরেপ্পনো অমুক্তদি হায়রুদনা।

রানী — তাচৌ ওজা ওইরবসু সরকারগী নত্তে মতিকচানা তলব ফংদে সরকারগী ওইবা ফাওবদং ঙাইবদা কয়াম রারগদগে ?

তাতোম্বী— (শাওনা) মংগা খোইহুমগা লৈনবা মরি ;

রানী — মহুনা করি তৌরবা ?

তাতোম্বী— অহুগা ঐবুনা রাইতিংদা করি ওইনা।

রানী — ঙসি অসিবু য়ুমদগী উ মোরোক চাবীরকপরা।

তাতোম্বী— ঐবু ঙসিদি করেম্নগনু অশেংবহু হায়রো।

রানী — তাখোইহুমগা ঙাংনবা হায়রবু, মাগী মফমদগী ঐনা লৌ-শিনবা লুপা পুন্না লিশিং ১০ রোম শুরে,

তাতোম্বী— অহু কৈদৌরবা।

রানী — মহু তাচৌনা মতিক চাবা তলব ফংলগা শিংজগে মসিদনি অচেৎপা রাফম ঙাংনজবা অমুক য়াম্বা শেলফম পুরুরগা চেকশিন্না ঙাংনদবা য়ারিব্রা ?

তাতোম্বী— অহুগা ঐঙোন্দগী কয়া শুরে।

রানী — তাতোম্বাদগীনা লুপা লিশিং ৮ খর হেল্লে তাখোইহুমগীনা খরদি হেল্লী।

তাতোম্বী— অহুদি ঐঙোন্দগী খোইহুমনা হেন্না মুংশিরেদনা।

রানী — মমল য়াম্বা পোৎনা খর হেন্না ফবা নত্রা।

তাতোম্বী— ঐবু মমল য়ামদবা তাহল্লবা ফরে মমল য়াম্বনা হেল্লবদি ঐম্বু লিশিং ২০ ফাওবদি লাইবক য়েংজগে।

রানী — য়েংবীয়ু য়েংবীয়ু ঐগীদি।বেড়া লৈজদে তৌবদদি ঐসে নীলাম লাউবদি নৎচদে।

তাতোম্বী— (শাওনা) হয়েং মুম্মিদাং রাইরম লুপা লিশিং ২০ শুম্মবা নথুৎতা শিন্নগে ।

রানী — তাতোম্বী হয়েংদি তাখোইহুমমনা ঙা পুরকে চাক চান্নসি হায়রম্মী ।

তাতোম্বী— চাক্কী রারা ? হৌজিকমক চান্নসি কৈথেলদগী লুপা ৫/১০ গী ঙা লৈরুসি লাউ ( মখুৎ পাইহুনা চিংই )

রানী — য়াজরে তাতোম্বী ।

তাতোম্বী— হেরা থে.ইহুম মানা ঐঙোন্দগী হেনবা য়াত্রা !,

রানী — ঙাইখো-ও তাতোম্বী

তাতোম্বী ঈশৈ ওইনা

লুপা — শাবী লাও লাও

মাংদা থারুরাও

কল্লকপা রাম্মী কনজাওবা য়াম্মী ।

মাংদা থারুরাও

লুপা — পাখং মতম ওইরকপা

নিঙোল ওইবীশিংনা খোইরাংই

শাবী মানজা পাম্মূবা

থংলেন মানজ লুংশিবা

লুপা — লৈশাবী মপুং ফারকপা

নহারোল কয়ানা কল্লকনৈ

শাবী লাও লাও

মাংদা থারো লাও ।।

সুপী — লৈশাবী মপুং ফারকপা
খোইমু কয়ানা ইল্লিউ
অপাম্বা মশক থনজগে
অপাম কাদা থুংজগে

সুপা — নিঙোল নবুক চুমউনে
পাখং ওইবা ঐঙোন্দা
মুজা পুকচেল লেপত্রবা
পাখং হাৎপগী পাপ পুজনী

রানী — তাতোম্বী ঐখোয় ইদোমচা লাক্লনি চৎখ্রো। ঐখোয় শোইদমা চোপনরনি।

তাতোম্বী— ঐস্থু রাখল মুংঙাইমংখ্রত্না মীগী যুমনি কাওক্লরে, ঐস্থু তল্লগে হয়েং মতম চানা লাক্লগে ( চৎখিবা )

রানী — তাতোম্বী য়োবো য়োবো, ( মতাংসিদা রামেশ চাংদগী মথোম অমা পুরত্না লাকই চংলকই ) রানী ইমুংদা চংখি )

রামেশ — ( মাঙ্গোলদা ) সুপী মচা রানী ইমুং লাক্লে লাওনে।

রানী — ( হরাওনা ) তাচৌ হৌজিক্তা লাকইব্রা ?

রামেশ — রানী ঐনা ইম্ফালদগী বাজিগীদমক কৈজোম লৈরকপনি।

রানী — ( কপ্পা ) তাচৌ

রামেশ — বাজিবু লাইরিক তাবা চৎখিব্রা ? লৈবা উদববু।

রানী — ( হিক হিক কপলগা ) তাচৌ বাজি ইমুংদা লৈ, ঐ কৌথোকলুগে।

রামেশ — ( থৌশাদনা ) বাজি ঐস্থু হন্দক থাদগী সরকাম্বনা স্কুল লৌশিল্লে।

রানী — ( ইমুংদগী মপাগী আস্তি অদু লৈতাং শাবা ফি মচেৎ অমদা পুন্দুনা পাইরগা হিক হিক কপ্না থোরকই )

রামেশ — চুমদ্রা রানী মপাগী রাশক ঙাক্তুনা চহি ১৪ বন্দা চৎখি শ্রীরামচন্দ্র মপাগী পূন্সি অরোইবা মতমদা মুংশিরবা মপা মচা উন্নখিদে ।

রানী — চুম্মী তাচৌ মতম অমদা তাকপিখি।

রামেশ — বাজি ঙসিদি নচা সবকাবগী থবক তৌবে নচান। বাজিগী মকমদা তমজগে লাকপা পাও কনাগী মকমদা······ ।

রানী — তাচৌ নচন লানখ্রে, নচনবু ঙাকপা মুকো।

রামেশ — কবিগী ইচলন। লাল্লগনি বাজি নচানা বাজিগীদমক লৈবকপা ফৈজোম কনানা শেৎপিগনি পুবকপা ফিবোল শৈথাদুনা কপ্লকই ;

রানী — বাজি তাচৌ উখ্রুলদগী হল্লক্লে লাকও নচাশিংবু থৌদবিরবো ।

রামেশ — ( কপন) ইবুংগী ইবেম্মা রানী চংলো চংলো ইমুংদা পোৎচৈশিং পুশিন্দুনা (রানা চংখি ) বাজি নচাগী অশা পুন্নমক ঙসিদি থাঙথক্তা মাংলেদনা বাজি, বাজি (কপন কপন চংমিনখি)



# "নিপালশুবা মত্তাং"

মফম—খুল্লাকপগী যুম

মতম—মুম্মিদাং ৱাইবম

( খুল্লাকপা য়াম্না অৱাবগী শক্তমদা লৈ )

খুল্লাকপা— ঙৱাং ঐগী মংদা মবিংগী য়েনবা লাবনা, য়েনখোং কায়না কায়না খোংপীবা, খুনকী ধন পুংসু মত্তোমতা য়ৈপীবা, তমগী ওজা ৱাহমশনা ঙসি ফাওবা ঐগী খুনদা লাকপীদবা, ঐগী খুনগী কবম্বা অৱাবা তাগদবা খওদে্না খুল্লাকপা ঐগী পুন্সিসে, তমগী ওজাদি ঙসি ফাওবা ঐগী মফমদা ওইদবা ঙাংদবনি, অদু মৈতৈ মথৌ তৌবব্রা? মাগী য়ুমদা করি কবম্বা খুদোং চাদবা থোকপবা ( মতাংসিদা পীটর য়াম্না শাওনা মীৎ ঈ কানা চংলকই )

পীটর — খুল্লাকপা ঙসিদি ঐকী অশেংবা অমা ...... ।

খুল্লাকপা— নং অমুক লংকপা নংগী কবি পেন্দবা ..... ।

পীটর — ঐকী অপাম্বা নংনা থুংহল্লু ......... ।

খুল্লাকপা— ঐ— । পীটর খুনকী পাখং কয়াগী মমিং পনবদি ঐগী ঈচা রোমীনা য়াইয়ে, অদুগা নংগী নমিং পনবদি মানা পংশাও শাওনীবা ।

পীটর — মদু পুন্নমক খুল্লাকপমা তম্বীবা ঙাক্তনি নংনা তমগী ওজাদা রোমীবু পীথোকপা নব্রা?

খুল্লাকপা— ( শাওনা ) পীটর নহৈহু সন্দন থারগা কহুনিয়ে অনিরক শুনা হায়গনে। ।

পীটর— অশেংবা হায়রবদি শাওনিংব্রা ?

খুল্লাকপা— হুপীনা য়াদ্রগা শাওবদি কবি মত্তৌ তৌওগে।

পীটর— অহনগী মতম ওইবনে ঐ খুৎ থানিংদে, নচান্নপী রোমী কদাহদা থৈদোকখি

খুল্লাকপা - শীবগদবা মীওইবা ভাকনে নং কাওরমালে, রাঙাং কমজাও ভুনগনো।

পীটর— পীটরগী লম্বীদা অংাবা খক পীগনো ঐবু মশক মুন্না খঙ্গো।

খল্লাকপা— পীটর মযু খর ভাওবগা পংডাং ভাংগনো ঐ তাবা পানবদেযে।

পীটর— ডসিগী হুনিংতা রোমা ঐগী খুৎত শিনো রোমী পুন্না ঐ খক চৎলোই মা কদাই চৎখি।

খুল্লাকপা— মাদিকো ঈশিং খোংদা ঈশিং শোকপা চৎখিযে, পীটর ঐগী ইচা পোমীদিকো মশাগী রাখল লৈবানে মাগী পুন্সিগী খোংলোই থিবদা ঐ খুবো থংবা খক পামদেযে।

পীটর— ( শাওনা ) হা-হা-হা-নুংঙাইদা খুল্লাকপা নরা তাবদা অতুনা তাকপদি তনগী ওজাদা পীখ্রে অসিরা ?

খু ল্লাকপা— পাটব ( শাওনা ) ঐনা কনাগী মফমদা এগী ইচা রোমী থাখিড্রেযে মাগী মনিং তমজনসন্ন।

পীটব— মাগী মনিং তম্বা অতুগুম ঐগীসু ইনিং তম্বা রোমীবু ঐগী খুৎতা শিন্নৌ নত্রবদি ( নোংমৈ শৎতুনা ) অদু নত্রবদি ....

খুল্লাকপা — ( য়াম্না নিঙমদনা ) খুৎ থাংগৎখি ) পীটব, নমান্নবগা মাযথোক্লবদা পাংথোক্কদবা নথোনা ঙসি অহল ওইচবা ঐগী ইকমদা ........।

পীটর— লেম্না রোমী এগী খুওা শিন্নৌ মতু ওইববদি নংগী পুন্সি

রোমী —(শাওনা) ফু-ফু হাৎলু মহুনা নংগী অপেনবা ওইয়ু, রোমীগী থম্মোইবু থক জয় তৌবা ওম্মোই।

পীটর মী হাৎপগী মাচুংবা লৈত্রবা পীটরগা শিনবদি পুম্নমক তাবেম্লা ওইনি।

খুল্লাকপা – ইপাগী বোনা পাটরদি মীঙ্গংশি মচেৎ অমা য়াওত্রবনি।

বোনা —নংগী নপাল কয়ানা নপুসিন্ পাপ তৌরকনি খঙউ, টীংমী চন্থ্ লোমীগী মথনদগী ওসিদি নং মাইথিব, ..........
( চংশিগে লৈই )

পাটর – বানবাই য়েনাও-মচা; তাপ পাইহুনা ফাই লেংবান্দা হাপলগা পুই মহু উরবদা খুল্লাকপা খাদমদ্রানা বোমা থ্রিং-থ্রিং চোংই )

খল্লাকপা—( শাওনা ) পাটব হায়না চংশিল্লি তান্নরকই )

বোমী অপা; অপা, ( কপনা মখুৎনা পীনিংগী নঙঙ্দা কন্না ফুই )

পীটব —( নোমৈ কাপই ) খৎনু মহুনি পাটব পাওখুম (খুল্লাকপা থবাক্তা পান্দ্রনা লৈমাইদা তাই পীটরনা বোনী পুহুনা চংখি )

খুল্লাকপা –( লৈনাইদগী থবাক ইথেং তৈনা তোগৎ-কই ) অনাগী বোনী অপাগী বোমী। মতাংসিদা বামেশ চংলকই )
বামেশ ( ওক্না ) ইপা করিনো তৌবিদসিবো ?

খুল্লাকপা—( রানা ) ওজা ঐদি পুন্সি য়ারবোই, পুকচেল ফওনবা পীটরনা ঐবু নেংমৈনা অহুগা ইচা বোমবুনা ফাহনা পুথ্রে।

বামেশ —( শাওনা ) পীটব; ইপা সে ঐ শমগে ইমুংদা চংস

খুল্লাকপা—ওজা ঐগী ইচা বোমীগীনমক কনা লৈত্রে মাবু অমুক্তা কনবীয়ু।

রামেশ— ( পমখৎলগা ) ইপা নচা রামেশ লৈরিবসিদি ;

খুল্লাকপা— ( রাহৈ মন্তৎ-মনৎ ওইনা য়াম্না রানা ) ওঙ্গা ঐগী ইচা বোমী ঙসিদি ঐগী অরোইবা মতম্‌সিদা নংগী নখুংতা শিন্নরমগে মহাকপু চীংমী চন্নুনি খন্দূনা·· ····· ·

রামেশ— ইপা চীং-তমগী খেৎনবা কৰিনো, ইমা অমত্তী মচানি।

খুল্লাকপা— ওজা ; ঐ পেল্লে; ঐ পেল্লে চীং-তমগী চেৎলবা লিপুন নংনা ঙাকলকউকো ওজা ।

রামেশ— ওজা য়াথং ঙাকপা ঙমগে ।

খুল্লাকপা— ( মশাদগী ঈ লৌংগা বাংশকা লাইবক্কা নমই ) ওজা নংনা ঐগী চীংমী চন্নু বোমীগী লম্বী ঙাকলকউকো চৎলু ঐবু কনবগী মহুত্তা ইচা বোমীবু কল্লু ওজা এগী লুখুনগী লুবাকনুংদা নোংমৈ লৈবনি এগী ইচাবু কল্লু ওজা

রামেশ— ( শাওনা মীৎ ঈ কানা ) পাঁটর ঙসিদি ঐগী থৌনাস্থ য়েংউ।

খুল্লাকপা— ( অরোইবা খোন্থাংনা ) ওজা····। বোমী · কন-বীয়ু···:

রামেশ— ( হিক্কা কপ্পুনা ) ইপা খুল্লাকপগী অশিবা মশাদু রামেশ পূহনা চৎখি, চৎনা) বোমী নংগী পুন্সিবু ইপাগী য়াথং ঙাক্কা কনবা ঙম্জগেনে ঈশ্বর।

———

# "মাপলশুবা মতাং"

মক্কম— লম্বী

মতম— নুমিদাংরাইরম

নুমিদাংরাইবমগী নুমিৎনা তঙাং-তঙাং থোকপা মতমনি রানী খংথেংনা লৈজবী নান্না অমদি খোইদুমম্ব অয়োইবী মশা নান্না বানাগা রাবী শাহুনা ত্থংথ-মংথ লাকই।

খোইদুম- রানী এসিদি নংগী তাচৌগী মক্কম অমা থংলে, সরকাবগী ওজা ওইগ্রে,

রানী - অদু কৈদৌববগে তাখোইদুম !

খোইদুম - নংস অঙাং নংত্রে ঐস্থ পিকচবদনি চহি-দি হেন্নাই ময়ামক ··· ।

রানী— ঐস্থ মদু পুন্নমক হওডে অহুবদি কৈদৌসিগে হৌজিক

খোইদুম অদু কৈদৌ। নহান মখৈ কায়দ্রিবা।

রানী— কবিবুনো,

খোইদুম— যুম হোংবগী রাদমদো

রানী — হায়না - মতা অননিন।

খোইদুম— রানী ! চেল্লসি কোক হায়বকপা য়াদ্রা ?

রানী— চরোদা, হেং িকপু অঙাংস্থ নত্তনা চেনবা মতুমা ঐ দায় লৈতকো।

খোইদুম- ( য়াম্না নৌথনা ) ন:মেশক। মচল রানী হায়নখিবা রা শোযনদব।। রাংলিবা হায়বদু খোইদুম ঐগী ··

রানী - তা খোইদুমগী নবি রাংলিবা

**খোইদুম** —খোইদুম ঐগী ন্দা চেল্লসি,

রানী — হো — অদো – চেনদৌ-শকক অহল-লমন থারক্তুনা হায়ন-শিংনত্তুনা চাউনা লুহোংসি ।

খোইহুম — মত্থুমা ঐ দাই লৈতে

রানী — ( ঙক্না ) করিগী—।

খোইহুম — ( চন্না ) হোজিক্কপু অঙাং মচাস্থু নত্তুনা অহল-লমন থাহুনা অঙাং মচাদৌনা ঐবু—ইস ! লৈকাই মমাংদা হায়নরিবনি, লুহোংদৌরে মুমিৎ ৫ নিদা ঙাইরে ১০ নিদা ঙাইবে — ( ইকাইবগী শক্তন উংলি ) ইমাইপেম্মা-ইমাইপেম্মা ঐ শুকঙম ঙমজরোই ।

রানী – ঐস্থু হৌজিকপু চেল্লবনি- হাবহুনা লৈকাই মমাংদা ইমাই-পেম্মা ( ইকাইবা উৎতুনা ) ইমাইপেম্মা য়ুমকা পানদ্রবস্থু তোকচবগে ঐস্থু····· ····· ।

খোইহুম – রানী, নং মুন্না রাখল তৌদ্রা ! লুহোংগদৌবিবনি হায়হুনা ইমা পাবুং লৈকাইগী মমাংদা ( য়াম্না ইকাইবা শক্তম উৎলি ) লৈরক্কা চৎথোক-চৎশিন, ইমা পাবুং মমাংদা চাক চাবা চংবা ঐ য়াম্না ইকাই হায়রম্মী ।

রানী — ঐ অমা চেনবা শুকঙম-ঙমজরোইয়ে !

খোইহুম – ( য়াম্না তম্থনা ) ফরেনে নংনা য়াদ্রবনিনা; ঐ ইকাইবা পুন্নমক থাংলগে । অহুদি হায়গু রানী কৈদৌঙৈ লুহোংসিগে

রানী – ঐখোয় তাচৌনা শিংগদবা মীগী লমন য়াম্না তোল্লি তাচৌগী ইনম্মা অমস্থু রাৎলি মীগী লমন ময়ামসে শিংবা ফাওবদি ঙাইবিখিবা তারি ।

খোইহুম — ( য়াম্না খৌরাংনা ) রানী ! লমনশিংবা ঙাইঙমজরয়োই, লমনশিংবা য়াওজগে কনা কনাগী তোল্লি , হায়যু-হায়যু ! নংগী তাখোইহুম ঐ লৈরিবসিদি

বানী — তাতোম্বীগী খর অদুগা তাখোইহুমগী লমন······ ।

খোইহুম— ঐগী অমা তোকলো ঐখোয় অনি অমতনি ! য়াজরে তাতোম্বীগী কয়ানো ?

রানী — লুপা সিশিং ১৫ খর হেল্লী ! মাগী রাফমসিংং; শেংদোক্লদ্রবদি

খোইহুম— অদুদা তোম্বীনা পৈশা শিংজনু নং ওইনা চৎলসি হায়রবদি

বানী — মীগী লমন তোনশিল্লুরবনিনা মহুম্থ য়াবা তারেদনা !

খোইহুম— ঐগীদি কমদোবা

বানী — তোকপা তাবেদনা অদুদি

খোইহুম— ঐগী লমনদি

রানী — তাখোইম্না ওসাইনা য়ারে তাকপীখিবদাইনে

খোইহুম— ঐঙোন্দগী তোম্বীনা লুপা য়াম্না হেল্লী কমদোবা

রানী — মমল য়াম্বনিনা তাতোম্বীগীদা মমল য়াম্বা পোৎনা খরদি ··

খোইহুম— ( খোইরাংনা ) মমল য়ামদে হায়হুনা হৌজিকপু লুহোংবা কাইবা তাববা ?

রানী —( নোক্লগা ) হো মুংশা থিবীরুনু নতৌ বেংগে তৌবনিদা লুহোংবা কাইহনজরোইয়ে

খোইহুম— ভেবি নাইস থেঙ্ক ইয়ু বানী অদুদা হায়মু সৈত্য তোম্বীগী লুপা হুবেন শিংদোকসি বানী মীগী লমন কুইনা তোনশিনবা চুমদে ।

রানী — ( খঙহোদ্না উববদা ) তাখোইহুম আদা তাতোম্বী লাকএ মাগা রাফম অমা শেংদোক্লগে মফমসিদা অমুক্তা লোৎপীয়ু, হোরেন মানা শাওহনা ঐবু ফাগে পুনগে তৌরবদি তাখোইহুমনা ঐগীদমক্তা লেপ্পীয়ু।

খোইহুম— ( কলেজা তৌনা ) কবি ! ঐগী মাং মক্তদবু হেক্না ( কি শেমই ) য়াই হায়ব্রা ?

রানী— হুজিক নত্তেয়ে হুবেন মানা ঐবু ফাগে তৌববা মতমদনি সে য়ৌশিল্লক্লে উগ্গনি লোৎলু ( খোইতুম চেনশিন্দূনা লোংখি ) তোম্বী থোবকই )

তাতোম্বী—( শাগুরপনা ) বানী নং মফমসিদা, কনা-কনাগা লাকমিন্নে ( কোইনা য়েংই )

রানী— ঐ ইতোমতনি থবক অমা চংচনবনি কদাই য়ৌবাগদৌবিবা তাতোম্বী

তাতোম্বী—ঐ ওসি নংবু থিবকইবনি

রানী— কবি মবাগীদমক ঐবু থিবাবকইবা

তাতোম্বী—নখোয় গচৌনী থবক হৌজিক মেন তাবে, নং পাও অমতা পীবক্কে, কমদৌবিবা

রানী— তাতোম্বীদি নোংমতা চংথোকপিবক্কে ঐ নুপাদৌনা নযুমদা লক্কদরা ওসি উংবিবসিদি,

তাতোম্বী—চুম্মা বান ংসে ঠিকাগী বিলনা. চকপীকাবোংগী থক্কা বিল তান্নবিডৈদা

রানী— ঐখোয়দগী ঠিগাগী বিলনা হেনগ্গ্রনে

তাতোম্বী—মতু ভাকসু নত্তে

রানী— বীল তান্নবিডৈদা ঐ শিখিবা থোক্রবদি কমদৌনি

তাতোম্বী—শিবমক্তি নত্তেদনা

রানী— ( কপশিন্দূনা ) হুজির্ক্বা জপানগী কাং, ( এদ নায়বা লাইনা ) হায়তুনা চিকলবদি হেক্ত শি হায়তম্বা ওমবা? অতু ওইরবদি উন্নহৌদ্রেকো

তাতোম্বী—জাপানগী কাংনা চিক্লবসু পৈশাতবু পাইববদি খুদক্কা দিল্লি, বোম্বে ভেলব এরোপ্লেননা সস······

রানী— তাতোম্বগী রাসিদি পৈশাদনিনে পৈশাদ······

তাতোম্বী—পৈশা নত্তনা হৌজিকপু করি হিংফম লোবি

রানী — তাতোম্বীনা পৈশা তানলিভৈদা য়াহৌ থেঙবা উচেক্লা মচিন-জাক মতিক চানা ফংহৌদ্ৰগুম, চেং মচংদি য়াহৌ ঙনবা উচেক্লা

তাতোম্বী— শোইদ্রব্রা রানী !

রানী — তাতোম্বীদবু ঐনা কৈদৌঙৈ মীনমম্রবগে

তাতোম্বী—( শাওনা ) রানী ! তোম্বী ঐঙোন্দগী নাম্বোকনি হায়বসিদি থক থংবীগনু

রানী — পঙল শোনবানি ইয়নগ থক হায়বীনুদা তাতোম্বা

তাতোম্বী— অহুদি নং ঐগী মাং থাও লেম্না চৎনু ঙসিদগী রানী তাতোম্বীগা ......

রানী — তাতোম্বী, রানীদি লেম্না থক লেনজদ।

তাতোম্বী—( শাওনা রানীগী খুদাং তাপ পাইদুনা চিংই ) কান্নদে রারেম ঙাংনহুনা ঙসিদি ঐগী ইত্তিকন খবরো

রানী — ( য়াম্না পাখৎনা ) কনা কনা নৈবগে এব অমুক্তা কনবীযু এবু কনবাবা নুপাদা কুন্দো পবেং হুনবগে

তাতোম্বী কনা লান্নুনা মফংসিদা নংবু কনবীগনি

খোইদুম— ( বেক গ্রাউন্দগী খোইদুমনা খোঙেল ফ্লেগ ) হায় কনানো লৈরম্মু। প্যাঙ্গন শেনমনী নুমীমচাদা খোনা ফবা নহক নথরাঙ মাংনিদ্রথদি নুপীমচাদু খুদক্ত, থাদাকউ নৎব্রদ মিসি মকুগা শাগান্নগনি। (তাতোম্বা খেথাং এদু তান্দা রানী থাদোকই কোইনা কিনা য়েংই) লেম্মু ঙসিদি ..... । (খেন্থাং মথং মথং য়ৈরকই)।

তাতোম্বী—হাই ঐ কবিগ্ন জৌবোইয়ে, মকলাপ ফিক্র রানা থমলম্নগা চেনখি ( মঙা সিদা খোইদুম খুদিং কাংনা কানা কিনা থোরকই কনা অম লেরমম্রবনা খোনা খবা শারহুনা )

খোইদুম— কমদৌই রানী ! খোইদুম ঐসু নুপানি নুপা খোনা লিংজেন লৌশিং থংলেদন। ......।

রানী— তাখোইহুম ঙসিগী থোদোকসে তাখোইহুমগী থৌনানি হায়বা

খোইহুম— অহু নৎত্রবদি তোম্বীনা নংবু `` 'রানা লৌশিং চাওবী নংগুম্বী, কলিগী সতি নিংখিবী

রানী— ত খোইহুম শক ফজবা থাদোকপা ঙমজদবদগী

খোইহুম— ঙসিগী অসিগুম্বা হয়েং পুন্সিগী অরোইবা ফাওবা খোইহুমগীদমক সতী ওইবীয়ু চান্নবী

রানী— পুন্সিচুপ্পা তাখোইহুমগী সতী ওইজগেকো ত খোইহুম নুংশিবা

খোইহুম— ঈশৈ ওইনা

নুপা— কলিগী সতী শাবিশিং,
নুংশিগী চাংয়েং কনমল্লি ;
খাংঙমদরে নুংশিগী চৈনা,
পুঙমদরে নুংশি পোৎলুম !

নুপী — কলিগী খম্বা শাবশিং,
খাজরুবনা লাললোইদ্রা ? নুংশিবা,
কলিগী ঠিকাদার শাবশিং,
নমিং ইবদি হৈতনা ।।

নুপা— নুংশি পরিক্ষা কনমল্লি,
নংগী নুংশি পরিক্ষাদা ;
রানা খাংজবা তারেদো,
ওকলে য়ারে শকহেনবী ।।।

নুপী— মতমগী পাখং মাইথকপা
নুংশি পরিক্ষাদ থোশাদ্রবা,

অন্না মৈচাক খাংনরে
ন্নারীনুকো থম্মোইগী চান্নবা ।।।।
রানীগী খুদাং পাইহনা য়াম্না কেনা নৌথনা খোইহুমনা
মাং-থা- রানীনা তপনা তপনা লুহোং খোংথাংদা চ মিন্নখি ।

খোইহুম – শাবী লাও-লাও, মাংদা থারোলাও
কল্লকপা য়াম্মী কনজাওবা য়াম্মী মাংদা থারোলাও ।।
মথং মথং চৎমিন্নখি ।



# "অরোইবা মতাং"

মফম—চৌংশাংগী লম্বী অমা

মতম—নুমিদাংবাইরম মমশিল্লকপা

[ পীটবনা রোমীবু চিং-চিংদুনা পুরকই রোমী মশাম মনা ইফা-ফা মমাই মথিৎ ইপোম-পোম কপ্পন নিংবা কাইবগী শক্তমদা পীগী ইরা হৌনা থোরকই ]

পীটর-- রোমী! নংস্থু মুন্না খল্ল! ঐবু তমথিবা মীহাৎপা অমদি ওইহনগনু।

রোমী— ( নিংওন্দনা ) ইবুং পীটর, নংনা এগী পুন্সিবু লৈথা তানা মাংহল্লে মসি ফাওবা পেনদ্রিব্রা?

পীটর— ঐনা হায়বা ইনগনি রাশকউ!

রোমী— নংনা ঐগী ইপাবুস্থু নোংমৈনা কাপ্পা, অদুগা ঐবুস্থু ফাহনা ইজ্জৎ যাংহনবা, কনাগী থঙ্মোইনা পেনগনি

পীটর— পীটব ঐগী অপাম্বা অনিংবদা বনা লাক্কুনা খিংবিরগনি মদু খঙনা...... ।

রোমী— ঐ নংগী নুপী ওইবা পুন্সিগী খক ঙমলোই।

পীটর— রোমী মুন্না খল্লু মদুনা নংগী অফবা ওইরোই।

রোমী— ঐগী থরাই য়াওদ্রবা হকচাং পোলাং নংগী ওইখিবা য়াই অদুগা

পীটর— হা-হা-হা ( লোক্লগা ) রোমী; নং অসিবু শান্নপোৎ ওইনা উরব্রা? হায় অপংবী অশিবদগী কন্নবা পৈশা, লুপা চংনা ডাক্তর কৌনরিবনি লাইয়েংনরিবনি,

রোমী— পামদবা নংগী ননাক্তা লৈগদবগী শরুক শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফৈ।

পীটর— ( নোক্লগা করেম্নহুনা ) নংনা ঐগী অপাম্বা থুংহন্দ্রবদা নংবু মালেমসিদা হিংনা খক থমলোই ।

বোমী— মহুমক্তি ঐগী অপাম্বা মহুতনা ঐগী পুক্তিং শান্তি ফংগনি !

পীটর— নং অশিববু খক কিবা লৈতরে ।

রোমী— কিরম্মী মতম অমদা অহুবু ...... ।

পীটর— ( করেম্নহুনা নোক্লগা ) রোমী ! হা-হা-হা, নং শিবা পামলে, হা-হা-হা নংবু মফমসিদা কনানা কনবীরগনি, নংগী ওজা রামেশ তমদগী ওসি ফাওবা লাক্তরে । নং খংলেদনা......

রোমী— ঐগী তমগী ওজাবু লৈরম্নবদি নংনা ঐবু অমদি অপা ..

পীটর— (শাওনা ) রোমী ! মহাক্না করি থৌনা নংগী রাদা ঐ খক নোক্তবা ওমলোই । হা-হা-হা নংবু কনবা ওম্বা খক ওইথোক্তে ।

রোমী— পীটর ; ( শাওনা ) হৌজিক অপাম্বা করিনো ? ঐবু হাৎলু মহুনা ঐগী পুক্তিং শান্তি ওইরগনি ।

পীটর— চুম্মী শোয়দনা নংগী অপাম্বা ঐনা থুংহনবিগনি অহু ঐগী অপাম্বা কয়া মঙোন্দগী...... ।

বোমী— হৌজিক মহুগী মতম নত্তে, নংগী নোংমৈনা ঐবু কাপ্পুনা হাৎলু ।

পীটর— ( য়াম্না উশিংতনা ) বোমীগী নাক্তা চংশিন্দু । অপাম্বা কয়া লৌনবা হোৎনৈ মতমহুদা রোমীনা পীটরগী মাইদা তিন শিংলি খুৎপাক্না থাই ) নং ঐগী অপাম্বা থুংহল্লু ।

রোমী— হায় শা-মী মরক্তা লৈবা শা ।

পীটর— ( শাওনা ) রোমীবু ওন্না ওন্না খুৎপাক্না থাই, থোংনা কাওই, খঙব্রা ? নংনা ঐবু শিংনবা শারি ।

রোমী— ফু,-ফু ; ঐবু নখুৎ-পেন্না ফু করিগুম্বদা ঐ শিগ্রবদা নংগী নিঙমদবা কয়াদি লাক্কনি ।

পীটর— নংগুম্বা অমা হাৎপদি য়ুমদা লোইবা এনাও মচা অমা হাৎপ-গুম্বনি (শম পাইহনা চৌংই ইনথুই) রোমী লৈমাইদা শিৎহনা তুই মতাংহ্নদা রোমীনা পীটরদগী নোংমৈ মুনগে তৌই) নংগুম্বা নুপীমচা অমনসু পীটর ঐঙোন্দগী খুৎলাই মুনগে হোৎনবা শাবি নংবু কাপ্পুনা হাৎলবদা ঐ পেনগনি।

রোমী— (ইচং খোনা) ঐবু কাপ্পুনা হাৎল্লু মহনা ঐগী অপেনবা ওইজগে খুৎ লোন্দুনা লেপ্পী।

পীটর— নং শিবা পামলে, ফবে-ঐ নংগী অপাম্বা পীবিবগে নোংমৈ পাইহনা কাপনবগীদমক শেম শাই, রেদি ১-২ (মতাংদি মক্তদা নাকল অমদগী নোংমৈ কাপলক্লুনা নোংমৈ পাইবিবা খুৎকী খুদাংদা পালি পীটরগী নোংমৈ লেমাইদা তাই ১৫ রোমীনা খুল্লী তুংলোনদগী বামেশ চংলক্লুনা হেন্দ অপ রোমীগী নোংমৈনা পীটবদা এইম তৌহনা লৈ।

রোমী— ওজা—। ওজা।

বামেশ— রোমী। মকপ পীটব ঙসিদি কবিসু লৈত্রবী নুপীমচা অমগীদমক্তা পুন্সি অহু অবেম্বদা মা বা তাবেদো।

পীটব— (যাম্না নুংঙাইতনা) ওজা ঐবু যাম্না লানখ্রে ঐবু অমুক্তা ঙাকপীযু (চেনশিল্লকই মতাংহ্নদা রোমীনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলি,) রোমী ঐ লাল্লে (অরোইবা নুংশা শ্বব হোনখি)

বামেশ— রোমী! নং মী হাৎলবা, মী হাৎপগী দন্দি মশক থংলব্রা?

রোমী— (কপন) পুম্নমক খঙই ওজা। মতম অমদা ওজাগী নফমদা তপচখিবা চাগী খুজি, চরিক পরেং লৈবীরক্লব্রা ওজা?

রামেশ— রোমী! নংগী চাগী খুজি, চরিক লৈরক্লে (ফুরিৎখাওদগী লৌথোক্লুনা) সে রোমী নংগী ঙকশমদা শিবীগে (হুক্কে তৌই)

রোমী— নত্তে নত্তে ওজা ঐগী ইশা শোকপীরগনু (শোক্লদনা লৌই মতোমতা ঙকশমদা শিজৈ)

রামেশ- বোমী ! নংগী করম্বা ব্রাখল,

রোমী- ওজাগী থম্মোইদি লোক্কী ঈশিংদগীম্ম হেন্না শেংলবা পুন্সিনি অদুগা করিস্ম লৈত্রবী চৌংমী চন্নু ঐনা মাংথোকচবা পামজদেনে ওজা ! ( হিক হিক কপলকই )

রামেশ— বোমী ঐনা নংবু তমদা পুবিদে হায়রুনা শাওরিব্রা ?

বোমী— ওজা পুন্নমক অদু অমতা নত্তে, চৌং-তম অনিগী চেৎলবা লিপুন বোমীনা থুংহনবা ওমলরোই ব্রাবৌগনু ।

রামেশ- বোমী ! নংনা ঐবু ব্রারোবে

বোমী - এগী পুন্সিবু ফংনবা পাটবনা...... ওজা । ( মতোমতা মশাগী মকোকা নোংমৈ কাপশিন্দুনা... ।

রামেশ- বোমী কবিনো নংনা তৌরিবসে ( চংশিন্দুনা মশাদা পাই )

বোমী— ( মতৎ-মতৎ ওইবা ব্রাহৈনা ) ওজা ! চৌংমী রোমীবু ব্রারৌবীনুকো চৌংমী চন্নু বোমীনা ওজাবু কয়াগী মতিক নুংশিবগে হায়বসি তংগী ইচিল ইনাওশিংদা তমবীনুকো ।

রামেশ- ( কপন ) বোমী ঐনা শোয়দনা ওমলুগনি, লিক্ক্যনি বোমীনা তংগী ওজাবু কয়াগী মতিক নুংশিবগে হায়বদু নুংশিববী চাংগী ঈচল ! চাংগী ঈচল ! (বোমীবু ফৈবংবহনা হিক-হিক কপনা পুশিনখি)

— লোইচন্দ্র



## অইবগী কোংলবা লাইরিকশিং

১। মেরী (উপন্যাস) (২) অমুক্তা উন্নসি (উপন্যাস)
৩। ইম্ফাল সহর (শৈরেং)

## অইবগী শান্নখ্রবা লীলাশিং

১) য়েক নুংশিনবা, ১৯৬৩ (১) বসন্ত-রানী, ১৯৬৫
৩) শকমান্নবী ১৯৮৫ (৪) স্বর্গগী গুলাপ, সেকেন বেষ্ট প্লে ১৯৮৫
৫) অহিংনুগী পাওখুম, সেকেন বেষ্ট রাইতর ১৯৮৫
৬) চীংগী ঈচল, বেষ্ট প্লে ১৯৮৬
৭) তমগী ইবুং, সেকেন বেষ্ট প্লে ১৯৮৬
৮) ওলাংথাগী লৈবাকলৈ, ১৯৮৬ ইসপিসিএল প্লে
৯) থরাইগী তেংথাখোল, সেকেন বেষ্ট প্লে ১৯৮৮
১০) কৈদৌঙৈ লাক্কনি তামোচা, বেষ্ট লেরিষ্ট ১৯৮৮
১১) রানটেত, ১৯৮৮ (১২) পিরাংলক্তা মোমোন, ১৯৯০ ইসপিসিএল প্লে,

## অইবগী খুংইদা লৈরিবা :—ড্রামাদা

১) পোকমীন্নদবা (২) নুপী লোনবা (৩) কায়নবা
৪) শকখঙনবা (৫) থওইদবগী পিরাং (৬) ইতৈমা থিবা
৭) মৌ হল্লকপী (৮) মৌ অনৌবী (৯) চীং-তম
১০) এম, এল, এ, (১১) মাইথিহৌরবা মন্ত্রি (১২) ঐতগী ইরাল
১২) রাশক (১৪) ইজজৎ (১৫) য়োংকী খুজি
১৬) তোর্ব্বান রাংমা (১৭) পৈশাগী দুনিয়া (১৮) লোন্নবী মচা
১৯) কায়নবা নুংশিবা (২০) ভসিগী সংসার
২১) অরোইবা শাক্তি।

## উপন্যাস

১। নংনা ঐবু মাংহল্লগেরা?
২। ফোংদোক্তবা নুংশিবা
৩। ইচাগী মরাল করিনো?
৪। মুখল মরুমদা
৫। নোম-নোম শগাইতোং

**রারী মচা চবুল :—** ১) বদনাম ২) রাথোক ৩) শাবী লাও-লাও
**শৈরেং চবুল :—** ১) নাচোম ২) লৈকোল ৩) থম্মোই ইহৌ
৪) মালিনী